

# যুগল

কে. কৃষ্ণধ্বজ

ফোঙস্রবা লাইরিকশিং ঃ

- লমদমসিগী ৱারী (শৈরেং) - এ সি নেত্রজিৎ
- মিথয়েং অমা শক্তম থরা (ৱারেং) - এ সি নেত্রজিৎ
- অশৈবগী নিতাইপোদ - অশাংবম শ্রীমীনকেতন
- অরোইবা খোঙচৎ - শোণী
- বসন্ত শৈরেং - অশাংবম শ্রীমীনকেতন
- মেঘনাদবধ কাব্য - অশাংবম শ্রীমীনকেতন
- অশাংবম শ্রীমীনকেতনগী সিংহগী খৃাইদগী ফজবা শৈরেং - নোংথোম্বম শ্রীবীরেন, কোন্থৌজম তোম্বী
- মীনকেতনগী খঙংলবা ৱারেং - ডা. নোংমাইথেম তোম্বী
- কংফালগী অরোইবা লমদমদে - ইবোসনা য়ামবেম



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

ফুঙ্গন

# য়ুখল

কে. কুঞ্জধ্বজ



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল

**Yukhal**
A Manipuri Novella

Written by K. Kulladhwaja

Published by : Wahengbam Ningol Ashangbam Ongbi Shakhi
for the Ashangba Communication,
Wangkhei Ashangbam Leikai,
Imphal - 795 001

Cover : R. K. Joykumar



Price : Rs. 100
Rs. 150 (Library Edition)

**য়ুখল**

অইবা ঃ কে. কুল্লধ্বজ

অফোঙবী ঃ ৱাহেংবম নিংঙোল অশাংবম ওংবী সখী
অশাংবা কমিউনিকেসন,
ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাই, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১।

মখুম ঃ আর. কে. জয়কুমার



মমল ঃ লুপা ১০০/-
লুপা ১৫০/- (লাইব্রেরিগীদমক)

**লাইরিক ফংফম**

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অমদি লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

নম্ফম ঃ - লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং মম্পাক ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

কুইরেদা, লাইরিক ফোঙখিদবা। নুংশিদা অইবগী তাইবঙ। ইবা হায়বসি অঙকপা নিশা অমনি। লাইরিক অসুম্মক মতম শাংনা ফোঙলক্কবদি ইবগী নিশাদগী অসুম অসুম লাপথোক্কে তৌরকই, লাপথোরকই। শৈরেং ফনা য়াম্না ইরম্লবনি, নীংশিং ৱারী ফনা শাংনা ইদুনা লৈরবনি, রেডিও ড্রামা অহুমখকসু লৈখ্রবনি। ফোঙবগী থবক চখবা ইঙম ঙমদবদগী ইবা চপ লেপ্লুরবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা উপন্যাস অমা অনি ইখি। উপন্যাস ইনিংবগী ৱাখল হন্দক নৌনা অমুক লাকখি। হান্নগী স্ক্রিপ্টতু পারগা অমুক শেমদোকসিরা নৎত্রগা অনৌবা অমা ইসিরা, ৱারেপ অমদি লৌবা তাখি, অনৌবা অমা ইবগী ৱারেপ লৌখি।

চীন্দা পুথ্রবা ঈশৈ নোংমফাদোক ঙংথোরকই হায়বদুনি। ইনিংবগী নিশানা লমজিংখিদুনা থা খরগী মনুংদা পঙচাউ চাউদবা অপীকপা উপন্যাস হায়নসু কৌবা য়ারবা লাইরিকসি ইবা লোয়খি।

অহানবদা "লৈ অনী" হায়দুনা মমিং থোল্লম্মি। ইপেন পেনখিদে, মমিং'সি চম্মনখ্রে। খরা ফজবা অমা থোন্নিংই। ঐগী নুপীগা তান্নে। লাইরিক অসি মঙোন্দা নৌনা অমুক পাহল্লি (হান্নবুদি ঐনা পাদুনা তাহনখ্রবনি)। পারবা মতুংদা নোংমা ইবানি নুমিদাংৱাইরম মল্লি মল্লিবা মতম অমদা কৈশামপাৎ জঙ্কসন্দা বোরা চামিন্নে। বোরা চানা চানা লাইরিক'সিগী মরমদা ৱারী শান্নে, অফ-ফত্ত তান্নে, মমিং করি থোনসিগে খন্নে। মমিং ময়াম অমা পুথোকই - মাসু ঐসু। অমত্তা পামদে। কোন্নথঙদা মহাক্না খংহায় হায়দোরকই "য়ুখল"। মমিং অসি ঐসু খংপাম পামখি। খংহায় হায়দোরকপগা খংপাম পাম্বগা চপ মান্নখি। অসুন্না লাইরিকসিগী মমিং থোনখি। ইবু ইরবা, ফোঙবু ফোঙলবদি মরী মরীনি। উপন্যাস অমসু ইরে। মমিংগী অরেপ্পা লৈত্রি।

মণিপুরী সাহিত্যদা মশীং খ্বাইদগী হেন্না পুথোকপসি শৈরেংগী লাইরিক্কি। মথঙদা ৱারীমচা। উপন্যাস পুথোকপগী মশীং ইৱাৎ ৱাৎপগী নুংঙাইতবা অমা পূরক্লিংদা ফাওই। পুক্নিগী অহৌবা তাঙ্ককতগী উপন্যাস ইনা ইনা শৈরেংসু ইগে খল্লী। অসুম মতম কুইনা ফোঙখিদবদগী শৈরেং ইনিংবগী ৱাখল তপ্না তপ্না মাঙখ্রবসু পুম্মাং মাঙহনখ্রগে হায়নদি খঞ্জদ্রি। করিগুম্বা মতমদা পাউচেগী নোংমাইজিং কলমদা শৈরেং হাপনিংলক্কুনা হাপ্লুই। কন্নাগুম্বা মরুপ মপাংনা "ফজৈ" হায়বিরকপদা কয়াদা নুংঙাইজবা। মরূপ মপাং ওইবগী পঙথা থাগৎপীবরা হায়বদুদি খঙদ্রে।

তাঙনা পুথোক্লিবা মণিপুরী উপন্যাসকী মরক্তা সাইকোলোজিকেল উপন্যাস কয়া য়াম্না লৈরবগে হায়দুনা য়েংবদা লৈতবদৌনা তৌবা অমা ফাওই। অৱাৎপা অসি খজিক্তুং মেনখৎপা ঙম্বরা য়েংগে হায়দুনা অপীকপা উপন্যাস অসি ইদুনা চাংয়েং তৌজবনি। মায় পাকপা ঙম্বরা ঙমদবরা খঙদ্রি।

তাং ২১/৯/২০০৭ কে. কুলচন্দ্রধ্বজ

# অফোঙবীগী ৱারোল

সাহিত্য হায়বসি খুনাই অমগী শকয়েং মিংশেননি, অসুম্না হেক হেক হায়নে, মসি চুম্বা তাই। ঐখোয়গী সাহিত্যদা খুনাই অমগী থৌদোক ৱাথোক, পুন্সি মহিং, অৱা নুংঙাইগী ৱারী কয়া ঐখোয়গী সাহিত্যগী লৈমায়শিংদা মমি তাবা থেংনরি। অফবা খুনাই অমা ওইহল্লকপা হায়বসিদা সাহিত্য হায়বসি তঙাই ফদনা চঙদবা য়াদবা মচাক অমা ওইরকই। মরম অদুনা ঐখোয়গী সাহিত্যগী পুথোরক্লিবা মচাকশিং অসি তীনজং কাইজঙদবা মচং ওইহনবা হায়বসি য়াম্না মথৌ তাই।

ৱাখল্লোন অসিনা মাঙদা থমলগা লমদমসিগী মতম মতমগী হোংলক্লিবা চৎন-লোনচৎ, পুন্সি মহিং মশকশিংগী মমি তাবা লাইরিকশিং মণিপুরী সাহিত্যগী লৈমায়দা খুৎজোক অমত্তা ওইরবসু লৈথোনবা ঙমগদ্রা খনবদগী কে. কুল্লধ্বজনা ইবা "য়ুখল" হায়বা উপন্যাস অসি লৌখৎলুবনি। কে. কুল্লধ্বজ মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীশক অমা ওইদ্রে। লাইরিক কয়া ইদুনা ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা লৈথোনখ্রবা সাহিত্যগী লৌমীনি। লাইরিক অসি পাবিরবা মতুংদা ঙসিগী ঐখোয়গী খুনাই অসি মনুং হনজিন্না য়েংথবিবা অমদি নৈখাইবীবা মথৌ তাই হায়নিংই। মরমদি নৈর-নৈরগা অরুবা ঈশিং থোরকই হায়গুম্লদনা অফবা খুনাই অমা শেমগৎনবা লম্বী য়াৎপদা সাহিত্যগী মথৌ তাবদু মীপুমখুদিংগী থম্মোইদা লৈহননিংই।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা প্রুফ পাবগী থৌদাং লৌবীরিবী এম. বরকন্যা অমদি নম্ফমগী অচৌবা থৌদাং লৌবিদুনা মতম চানা লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ঙমহনবীবগীদমক লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মরুপ-মপাং খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

তাং ২০/৯/২০০৭ ৱাহেংবম নিংঙোল অশাংবম ওংবী সখী

# ১

ইম্ফালগী ময়োলনি খ্বাইরম্বন্দ বাজার, পাউনা বাজার অমসুং থাঙ্গাল বাজারনা য়েৎলোম মায়রোমদা ঙানথোইরি। বিলদিংগী মতোনশিং অমগা অমগা ৱাংবা তান্নরি। মথক্রোমদা য়েংলুরগা পূক্লিং নুংঙাই, লৈখাদা য়েংথরক্লবদি থম্মোয় শোক্লিংঙাইগী মশক ঙাক্তনি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী ওফিস লৈবগী কান্নরিব্রা? গভর্নর রোদকী মনীংদা চীংমুক ৱাংনা পৈরিবা অমোৎপশিং, প্রতাপ টোকিজগী মমাঙমক্তদা ইচাও চাউনা ঐখোয় মঙায়রে মতাগুম চীংজাওমুক ৱাংনা খিল্লিবা অমোৎ অকায়, এসেমব্লি রোড হাইজিনফম অলু গলিগী মচীন্দা লৈরিবা, কৈশামপাৎ থোংগী মচীন জক্কসনগী ওয়থংবা থোংখোঙদা পৈরিবা, নমথীখ্রবা অমোৎপশিং, মখোয়শিং অসিদগী পাইথোরকপা নমথীবা মনমশিং অদুনা মকা ফোংনা অচৎ অওকশিংবু লক্লরি, খোন্দা থীবা পাখংশিংনা লৈশাবী উবদা লক্লরকপা, মখোয়গী লক্লবগী থীরবা খোন্ফমশিংদু তাবদা ফাওনরিবা নুংঙাইতবদুগা নমথীরবা মনমশিং অসিনা নাতোন্দা চঙলকপদা ফাওরকপা নুংঙাইতবা অসিগা চাংদম্নবদা খেন্নবা করিসু লৈররোই।

ইম্ফাল সহর লু নালহনগে হায়রবদি লনাই সংস্থান অমা লিংখৎলবা, মখোয়না দুকান দুকানশিংদগী হাপ্তাগী ওইনা নৎত্রগা থাগী ওইনা শেনখায় খরা খরা লৌরগা লম তু শেংবগী থবক পায়খৎলবদি ফনা ফজনা নানগদ্রা? হৌজিক ওইরিবা ফিবমসিদা অসুম্মক লৈবা তারগদি খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী লাইবক থীনিংঙাই ওইরগনি।

ইম্ফালগী অমোৎ অকায় মরক্তা ৱারী কয়া কয়া লোক্তুনা লৈরি। য়ুয়োনশঙদা অদুগা য়ুখল কয়া কয়ানা মরোল মরোল খঞ্জিল্লিবা ওক্ত শঙলেনশিংদা। য়ুখলনুংদা লোন্না থূপ্না শান্নগদবা লীলাবু ষ্ট্রিট প্লে ওম্বোক্লবরা তৌরিসিবু?

— ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু। ঐবু অমুক্তা ...।

য়াম্না পাখৎনা লাউর লাউরদুনা নুপী অমা চেম্থোরকখি। পাউনা বাজারগী গলি অমদগীনি। মীনা চিক্না চায়না ঙমদ্রবা, মী কৃংখ্রবা বাজারগী লম্বী অসিদা করিনো ওইরিবা ফিবমসি। কোকচাওবী ফুং ফুং কানৈ। "অস, অস, য়েংঙু, নুপীসি য়েংঙু" লম্বী চৎপশিংদু অমনা অমদা তাক্নরি নুপীদুদা মমিৎ থম্লদুনা। নুপীদু ফি ইন্দে, লীৎলিবা ফুরিৎতু কুদাম লোইনা তৎলে, ফনেক শেৎতে পেটিকোট অঙৌবা অমা শেৎলি। মীশিংনা মঙোন্দা য়োমশিল্লক্নুনা হংই।

— কৈদৌরে কৈদৌরে?

— তু য়েংঙু। আদা ...

গলিদা তঙক তঙক লেপ্লিবা নুপাদুদা মখুৎ থিল্লদুনা নুপীদু ৰা ঙাঙলি।

— আদা লেপ্লিবা নুপাসিনা ...।

— নুপাসিনা কৈদৌরবা?

— ঐবু ... ঐবু মাঙহনগদবগী ...।

ৰা মখা তারক্রবসু ভাব তানরবা মীশিং অদুনা খুদক্তা হোৎচিনখিদুনা নুপাদু চপ্তুনা পুথোরকই।

— ঐ করিসু তৌখিদে। ঐগী ইরাল লৈতে।

নুপাদুগী ৰাকৎনি। তাঞ্জাদুদা কনাগী ৰাকৎ। খোইশাওনরবা মীয়ামদুনা মঙোনলোমদা থোমজীল্লক্নুনা পোপ-পা, পোপ-পা থাজিল্লক্লে। কিন্না গুজিল্লকপা য়াও, মখোঙনা কাওশিল্লকপা য়াও, য়েংহৈদ্রবা ফিল্মনি। মনাতোন অমদি ময়াদগী চেম্থরকপা ঈনা মমায়দু পূমঙাং ঙাংলে। মকোকসু কায়রে। মঙোন্দা থিল্লকলিবা খুৎশিংদু নুংদুম পায়বসু য়াওমাল্লে। ডাইহাক্তংগী মনূংদা পুলিস গাড়ী লাক্লুনা মীয়ামদু তানখায়ররে। অশোকপা নুপাদু গাড়ী মথক্তা হাপকৎলগা পুখ্রে। ময়াম মরাঙ মরাঙ তৌনরিঙৈদুদা নুপীদুদি মফম খঙদনা মাঙখ্রে।

# ২

মথংগী নুমিৎনি। অয়ুক অঙনবদা চাইথোরকপা পাউ চেশিংগী লমায়দা চাউনা ইরকপা থেংনরে। "নুপী অমগী ইজ্জৎ মাঙহনগে হোৎনরম্বা থোকচোম চাউবা মীয়াম্না ফুগায়খ্রে।"

মীয়াম্না ঙাঙনবস্ তারে, খবরদা ইরকপসু থেংনরে য়ুমগী নুপী মেমী শাউনিংবগা ইকায়বগনা লাকহৎলবা মায়থোং অদু অহাংবা মালঙদা য়েংদুনা থবক্কা অমত্তা শূদনা অয়ুকচুপ্পদুমা লেপ্লম্মী। অসুক থাজনা অসুক ইকাইখুম্ননা লোয়নজরকপা মহাক্কী মপুরোইবনা চৎলম্লিবা শাজৎ অসি করিনো। খল্লুবদা কোকচাওবী কারকই। নুপা হায়বা জাৎসি থাজনিঙাই ওইবা নত্তে খল্লকই। মহাক্কী পুন্সিদা লৈশারিঙৈদগী নুংশিনরক্তুনা চাউবগা কয়াদা থাজনা লোয়নরকখিবা। লুহোংদুনা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদামিন্নরকখিবা নুমিৎতুদগী নোংমতসু থাজদবগী চিংনবগী মীৎয়েং অমত্তা য়েংলুদে। লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদবুদি রারৌনবগী থৌদোক মচা অমা'নি থোকখি।

নোংমা! নুমিত্তু উন্নসি হায়নখিবা মফম তাকয়েল কোলোম লৈকায়গী মচীন্দুদা ফন্না কুইনা লেপ্তুনা মেমীনা ঙাইখি। মমান্নবীসু অমত্তা য়াওদা মথন্নতা মানা তৌরিবা মতৌ অসিগুম অতৈ মমান্নবী কনানা তৌনবগে? হায়নখ্রবদি শোয়গন্দবা মেমীনি। মফম অমসুং মতম ঙাক্না চৎপীনি। চাউবা লাকপা য়াই লাক্তবা য়াই, মহাক্কীদি শোয়বা য়াদে, অদুনা পুংশিং চপ চানা থোরক্তুনা লেপ্তুনা ঙাইররিবনি। ফন্না কুইনা ঙাইরবা তুংদা মহাক্কী মমান্নবী অমা কোক হেক থেংনৈ। হেক উন্নবগা মমান্নবীদুনা হায়রকখি,

— মেমী, চাউবদু মশক খঙদবী নুপী অমা মহাক্কী গাড়ী মনীংদা হাপ্লগা চৎহৌই। নুপীদু মশক ফজে, ৱাং চাউই।

মেমীনা ঙক্না মথন্তা শোঞ্জখি।

— করি, করি হায়বা? নুপী অমা গাড়ী মনীংদা। অশোমদনা ঐনা, উন্নসি হায়নখিবা মফমসিদা ইথন্তা ...।

মেমীগী খোঞ্জেল থোক্তবা ৱাহে অসি কনানা তারুগনি মহাক খক্তা নত্তনা। মথন্তা হংজবা ৱাহং মথন্ত পাউখুম পীজবনি। কনাদসু হংলুদে, কনাদসু ৱাকৎলুদে। মমান্নবীদুনা করিবু খল্লমগনি হায়বা ৱাফম অমত্তসু খঙ্গরুবা তৌদনা মেমী ৱা অমত্তা ঙাংলমদনা ময়ুমদা হাথু হাথু খোঙকাপ লাওনা থাংলদুনা হঞ্জিনখি। নুমিত্তুমা থবক তৌই-তৌফম খঙদে, লাইরিক পাই পূক্লিং চঙদে, চাক চায় হাউফম খঙদে ওহ্লোকপা মওং অমা ওইখি।

মথংগী নুমিত্তা মমান্নবীনা মহাক্কী খুত্তা চিঠি অমা পীরে। চাউবনা ইরকপনি, পঙশাং শাংদে।

মেমী,

নহাক ৱারৌরম্লগনি। নহাক্তি ৱারৌচাউবীনি। খজিক্তং সোয়বদা হেক্তা শাউগনবীনি। ঙরাং ঐহাক লাকপা ঙমহৌদ্রে। লাইশ্রম লৈরক্তা লৈবা ঐখোয়গী মাম্মদু বি. পি. ষ্ট্রোক তৌরকপদগী খূদক্তা হোসপিটালদা পুখত্তবা য়াদদুনা ঐহাকসু কোয়চেন চেনবা য়াওরুরে। নুপা লৈতে চেনবীনবা ঐহাক নত্তনা, মাম্মগীদি মচানুপী লৈশাবী অমখক্তনি লৈরিবা। মহাক্না ঐগা ঙরাং নুমিৎচুপ্পদুমা অনাবগী মনাক্তগী লাপথোকপা ঙমখিদে। মরম অদুননি ঙরাং ঐনা লাকপা ঙমখিদবদু। নহাক্না উন্নসি হায়রিবা পুংজা অদুমক্তদা ঐহাক লম্বীদা অনাবা থিনবা চৎলিঙৈ মতম ওইখি। ইনেগা মাম্মগনা ওটোরিক্সোদা অদুগা মচানুপীগা ঐগনা গাড়ী মচাদা। নোংমা ওইনা উন্নবগী মতম লেপ্পরসি। মাম্মদু নাবা ফদুনা য়ুমদা পুথরবা মতুংদা ঐহাক লাক্কে।

নহাক্কী পূকচেল শেংনা
চাউবা

মেমী মমাঙদা খল্লম্বা অৱাবা নুংশুক নুংজানবগী ফীজং অদু তপ্না তপ্না হাইদোকখিদুনা তরু তরুবা অতিয়াদু উবা ফংজরম্মী। উচেক্কী মশা পানশিন্দুনা অতিয়াদুদা কোয়না পাইজে। খোয়রুম মোমোন্ননা, জগোয় শার শারদুনা।

# ৩

নোংমা,

অচীকপা লম্বী অমদা মেমী অমসুং চাউবা ফম্মীন্নদুনা নুংশি নুংওনগী ৱারী কয়া শান্নরিঙৈ তাঞ্জানি। ফনা কুইরে ফম্লক্লিবা। অদুবু মখোয়নিগী মফমদদি মীৎকুপমতং হৌখিবগুম খল্লী।

কদোমদগীনো জীপ গাড়ী অমদা পাখং লৈশাবী ময়াম লাক্তুনা মখোয়না ফম্লীবা মপা অদুৱাইদগী ইরাপ লাপ্তনা ফম্লে। জীপ মনূংদগী চাক থোংননবা চফূ, কোল-লিক, হৱাই চেংরাই অমদি মনা-মশীং পুথরকই। মখোয়শিংদুগী ফিজেৎ অমদি শাজৎনা সহর মনূংদগী লাকপনি হায়বা তাকই। অরাপ্পা খুঙ্গংগী চিদাই অসিদা পিকনিক লাকপনি। থুনমক মখোঙ য়াংবা পাখং অনী অহুম্না চাক থোংফমদু মফম চাবা অমদা শেমদুনা মৈ হৌগৎখ্রে। চফু থাঙ্গৎতুনা চেং শূজনখ্রে, ইন্সাং থোঙ্গৎখ্রে। টেপ রেকোর্দর থাদুনা ঈশৈ খোংলি অমদি য়াম্না পূক্লিং নুঙাইনা নোক খেরি। মখোয়গী মরক্তগী লৈশাবী অনীখক হাইদোক্তুনা মখোয়না ফম্লিবা মফম অদোমদা লাকই। মখোয়গী মপা য়ৌশিল্লকপদা লৈশাবী অমনা চাউবদা ওনশিল্লক্তুনা।

— হাইমা! তা চাউবা।

চাউবা মেমীগা ৱারী শারস্বদু চপ লেপখি। মমিৎ মনা ইথক থক্কৎলি। ফুক হৌগৎখি অদুগা লৈশাবীদুদা ওনশিন্দুনা

— নঙসু পীকনিক পার্টি অসিদা য়াওরক্লিব্রা?

— হোই য়াওরক্লিবনি।

নুপী অদুনা ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙদগী খঙবা ঙস্মী, মহাক ত্রাইবেল লৈশাবী অমনি। মৈতৈ লৈশাবীগা ত্রাইবেল লৈশাবীগা খেন্নবা খরা লৈ। মখোয়দি শকখংনবা পাখং অমগা হেন্দশেক তৌবদা ইকাই হঙোইবা লৈতে। চাউবগা নুপীদুগা খুৎকা খুৎকা শোক্লদুনা হেন্দশেক তৌখি।

— নুপী অসি নঙগী মরুপ্পা ?

— হোই, মানি। মহাক্কী মমিং মেমী কৌই।

মেমীদসু মশক তাকই।

— মহাক্কী মমিং লুসি কৌই। তাংখুল লৈশাবীনি।

লুসিগা লাকমিন্নবা লৈশাবীদুগা মখোয় মশেল অমগা অমগা মিং তাক্লদুনা শকখঙ মায়খঙনৈ। লুসিনা চাউবা অমসুং মেমীসু চাক চাবা য়াওগদবনি হায়না ফনা কন্না হায়জৈ। অদুবু চাউবনা য়াদবদগী মখোয় লৈহৌরে, চাউবগা মেমীগসু হনমিন্নরক্লে। হনমিন্নরক্লবা মতুং অদুদা মেমীগী শকফমদু হান্নগা মান্নখিদ্রে। তঙাং তঙাংলম্বা মায়থোঙদু মুশুক মুশিনখ্রে। ঙাঙ শকপসু অমত্তা খুন্নকখিদ্রে।

— কৈদৌরগে মেমী নঙবু, ঙাঙবা শকপগা অমত্তা তাশিন্নদ্রিবা ? নুংঙাইতেসে, অদুম্মাইনা তৌগনু।

রেডিওদা তোয়না তাখ্রবা ঈশৈ অমা শকচিল্লি, ফাগি তৌবা ওইনা চাউবনা-

"নোক্লনবী নঙনা নোকখিদবদা
নোকসিরা ঐবু কপসিরা ঐবু ...

মদুনা খক হোংহনবা ঙমখিদে মেমীগী মায়থোঙগী শকফম। কোন্নথংদা ফনা কুইনা ৱা অমত্তা ঙাঙনদনা তুমিন তুমিন চৎনরবা মতুংদনি।

— লুসি কনানো ?

চাউবদু খঙহৌদনা ফাক ফাক নোকথোরকই। হায়রকই।

— নহাক্না ঙসাইমখৈ উংজা পুরক্লিবসি লুসিগী মরমদা ওইরে। ঐসু খল্লিনে, নঙনা লুসিবু চিংনবা শোইদনা ওইরমগনি হায়বসি। মহাক ঐগী পাবুংগী মমান্নবা

অমখক্কী মচানুপীনি। পাবুংগা কারবার তিন্নবদগী ঐখোয়দা মপা মচা হেক হেক লাকই। অদুনা ঐনা মহাকপু পোকমিন্নবা ইচলগুন্না লোয়নৈ।

— খঙই, নঙনা অদুন্না হায়জিল্লগা ঐনা হেক্তা থাজগদবা নত্তে।

— অদুদি করি হায়না হায়রগা থাজগদৌরিবা? ঐ ভাব তাদ্রে।

শাওরং মীরংননা মেমীনা —

— খঙদে খঙদে, নঙ চৎখ্রো ঐ লৈহৌরে।

মেমীদু থোঙ্গাল অমদা শৎ হাইজিন্দুনা চঙখি। কনাগী য়ুমনো হায়বা চাউবনা খঙদে। থোঙ্গাল অদুদা চৎলগা মহাক্কী মমান্নবী নৎত্রগা মরীমতা লৈ হায়বসি চাউবনা অসুক কুইবসি খঙলক্লি। লেপ্তুনা ফনা কুইনা ঙাইরম্মী। থোকমল্লক্রুবদা চাউবদু ময়ুমলোমদা মথাই নুঙাইতনা হল্লকখি।

মদুগী মতুংদা ফনা কুইনা চাউবদু মেমীগা উন্নবগী তাঞ্জা ফংখিদে।

# ৪

নুপী অমবু ইজ্জৎ মাঙহনগে হোৎনরম্মী হায়বগী মরাল শীরদুনা লোক-অপতা থমজিল্লবা নুমিৎ অদুগী অহিংদু চাউবা তূমথবা য়াখিদে। ময়াম্না ফুজিল্লম্বগী চৈনাখোল অদুদি করিসু নত্তে। অদুগুম্বা চৈনাখোল লিশিং লিশিংদি য়াম্না লায়না খাঙবা ঙমগনি। মহাক্না খাঙবদা অসুক্কী মতিক ব্রাজরিবা চৈনাদি সনাতোম্বীনা ইথা থাজদনা পীখিবা চৈনা অদুনি। সনাতোম্বী কনানো ? মহাক, মপুরোইবা লৈত্রবীনি. লুখ্রাবীনি। সনাতোম্বীগা খঙনরক্লিবসি ঙসি ঙরাংতগী ব্রাফম নত্তে, কুইরবনি। ময়ুম পান্দ্রিঙৈদগীনি। চাউবগী মমান্নবা সরতকা সনাতোম্বীগা নুংশি মরি থম্নরকখিবা হাকথক্তা চাউবনা পাউমী ওইনা কোয়চেন চেল্লকখিবনি। লুহোংলবা মতূংফাওবদা সরতকী ইমূংগা চাউবগী ইমূংগা চঙথোক চঙশিন অসুম তৌনরকই। অরৈ লৈতা তানরকই।

সরততু লাইবক থীবা থৌদোক অমদা লৈখিদে। নোংমা শকখঙদবা মীওই অমা অনী লাক্তুনা সরতপু অস্বাই ফাওবা থোক্লুসি, ব্রারী অমত্তং শান্নসি হায়দুনা কৌথোকখিবদগী অসুম্মক হল্লকখিদ্রে। য়ূমদগী কৌথোকখ্রবা মতুং নুমিৎ নিনি লৈরগা মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু লমহাং অমদা তাদুনা লৈরম্বা মীয়াম্না থেংনরকখি। নোংমৈ মখুল মঙা লৈরম্বদুনা তাকপদি মহাক্কী মশাদা নোংমৈ মরূ মঙা কাপশিনখ্রে। করি মরমগীদমক কনানা অসুক তমথীনা হাংলম্লিবনো। হায়বা কনানসু খঙবা ঙমখিদে। লালহৌলুপ অমা অনীনদি নুংতিগী ফোঙবা পাউ চেদা শেংদোরকখি —

হৌখিবা শগোলসেন নুমিত্তা ক্লাকৈথেল মোইরাংপুরেল লৈকায়দা লৈবা মোইরাংথেম সরতপু ময়ূমদগী শকখঙদবা খরনা কৌথোকখ্রবা মতুং নুমিৎ নীনি

লৈরগা নোংমৈনা কাপ্লগা হুন্দোক্লেম্বা অসি ঐখোয়গী লালহৌলূপকা মরী অমত্তা লৈনদে।

কংলৈ য়াওল লূপ

অতোপ্পা লূপ অমনসু ৱারোল অসিগা চপ মান্ননা পাউচেদা ফোঙলকখি। অদুদি কনানা ওইগদৌরিবা? লম্নাই নুংঙাইনদবগীসু পঙহাৎতা হাৎনরবা মতম হায়বদু ওইরক্লে। লৈকায়গী ক্লব অমসি মৈরা পায়বী লূপশিংনা লম্বীগী মতাইদা ৱাকৎ মীফম ফমখি। মখোয়গী ৱাকৎশিংদি ঃ

"মরাল লৈতবা মীশিং হাত্তোকপা লেপ্পীরো।"

"খুৎলাই পায়বশিংনা মীচমদা অকল অরিং শীংবীগনু।"

"মীয়ামদগী কা হেনবা মতিক মপা চাদবা শেনখায় তানবীগনু।" অসিনচিংবা কয়ানি।

মতম কয়া হৌখি। সরকারনসু লালহৌলূপ্পসু সরত মীহাৎকী লীখুন অসুম্মক পুথোকখিদে। তুমিন্না অসুম্মক লৈশিন্নখি। অশিবতনা মাঙজবা ওইখি, অশিবতগী মরাল ওইখি। অশিবদি ইপক্তা পকচৈ। মীনা মরাল লীশিং লীশিং থঙজিল্লক্লবসু তুমিন্না অসুম্মক লৈ। সিফাইনা য়ুমদগী ফারগা পুথোকখ্রগা অসুম্মক লীখুন খঙদনা মাঙখিবনা কয়ামা। ফারগা পুথোকখ্রবা মতুংদা কাপ্পবদগী শিবনি হায়জিন্দুনা হুন্দোক্লেম্বনা কোঙ্গায় অমা। য়ুমদগী শেৎখিবা অচম্বা ফিরোল অদুগী মহুত্তা অশিবগী মশাদা কম্বেৎ ড্রেস শেৎপীরম্বা, মশাদগী খুৎলাই ফংই, চে-চাং ফংই অসিনচিংবা কয়ানি। আইন লৈত্রবা লৈবাক্নি। সিফাই অমসুং লালহৌবগী লালদা মীচম মীয়াম কাঙদ্রুম্ম ওল্লবনি। লালহৌবনা এম্বুস তৌবা খুদিং সিফাইশিংনা মীচমশিংদা তারগেট ওইদুনা নোংমৈ পঙকাপ্তা কাপ্পা লৈবাকসিগী চৎনবীনি। আর্মদ ফোর্সেস স্পেসল পৱার্স এক্টকী মরুমদা মরাল লৈজদবা মীওই কয়া হাৎখিবা অসিদা থম্মোয় শোক্লবী নুপীমচা অমখক্লা হায়রিবা তমথীরবা এক্ট অসি লৌথোক্লিবমখৈ চরা হেনগনি হায়দুনা চহী কয়া চরা হেন্দুনা লেপ্পকখিবা, এক্ট অসি লৌথোকউ হায়দুনা মীওই লীশিং কয়ানা অন্দোলন হৌখিবা পুন্নমক অসি করম্বা লুচিংবনা কয়া য়াম্না পূক্লিং খোয়জংনা খঙ্বা য়াওখ্রবগে? মখোয়না হায়গনি, "লালহৌবগী ইরাঙ লৈবনা এক্ট অসি থমদবা য়াদবনি।"

অমরোমদা মপুরোইবা হাৎপিগ্রবা নুপী কয়াগী তেংথাখোল। শকখঙদবশিংনা মরাল অমমম পীশিন্দুনা হাৎলগা লংথোক্লম্বা মীওই কয়াশিংগী মরক্তা সরতসু য়াওখ্রে। মহাক্লা তৌরম্বা মরাল অদুগীদমক শিবগী দন্দি পীরিবনি হায়না শেংদোরকপা কয়ানি, শুকশেং শেংদোরক্তবনা কয়ানি। সনাতোম্বীনা খবরদা হাপ্লকখিবা ঃ

“ইপুরোইবগী মরাল করিনো ...?”

কনানা পাউখুম পীগ্রবগে? সনাতোম্বীগুম্বী লুখ্রাবী কয়া কয়াগী ৱাহংনা নিল্লরি, অহাঙবা মালঙদা পাউখুম ফংদনা অসুম্মক তিনখ্রি।

# ৫

— তাদা, তাদা নত্তনা কনাসু লৈতে। কনাদনো ঐনা তাথোক-তাশিন তৌরুগদবা। ঐগী ইবুং ইপ্পাসু লৈজবা নত্তে।

মমীত্তগী পিরাং মতূম মতূম শীঙ্থরদুনা, খোঞ্জেল নুংহিক্লরদুনা সনাতোম্বীনা হায়খি।

— হায়, করিগী অদুক পুকচেল পীকথরিবনো? ঐ লৈরিবসিদি। নঙ ৱাগনু। করিমতা নুংশা থীরুনু।

-- হৌজিকপু কদায়দগী পৈশানা মহাক্কী শোরাৎ ...।

— অদুবুদি কদাই কদাইদগীনো থিবা তারেদনা।

— থিবগী ৱাফমদুনিনে। মদুগীদমক্তি ঐনা মাথা শারিবা।

চাউবা ৱাখল ঙাইহাক তৌই, ৱাখল অমা খংলাক লাকই

— উম, শেল পূফম অমা লৈরে। তৌবতবু মাগীসি শেন্দোয়দি খরা চাউই। নঙনা শোরাৎ হেক লোইবগা শিংদোক্লবদি মাথা শাবগী ৱাফম অমত্তা লৈররোই।

— অদু ওইরবদি মসিগী থবকসি তাদদা শিন্নজরগে। শোরাৎ হেক লোইবগা ঐ সুকসোই সোয়দনা শিংদোকচগে।

— কয়া লৌসিগে? কৃষ্ণা লৌসিরা?

— হুম, তাদা! হৌজিক্কী মতমদা মদুখক্লা শোরাৎ অমা শীনবা য়াবা হৌনদে। খ্বাইদগী পীক্লা শোনবা শোরাৎ অমদা লুপা লিশিং য়াঙ্খে চঙনরিবনি। ঐদি য়ারিবমখৈ পীক্লা শোঞ্জগদৌরিবনি। অদুনা লুপা লিশিং য়াঙ্খেদংদি তাদনা থিবিরক্কবা য়াদ্রে।

সনাতোম্বীদু তাঞ্জাদুদা হান্নগী সনাতোম্বীগী শকফমদু মাঙহনখিদুনা অনৌবা সনাতোম্বীগী শক্রোন অমা লৌরক্লম্মী। ৱাউথাংনরম্বা, কুচু থাংলমদবা মায়থোঙ অদু তঙাং তঙাং হৈয়াই অমূনবগুম তৌরকখি। মসিদি করম্বা সনাতোম্বীগী শক্তিনো? ঙাইহাক্তং কা মনুংদা চঙখিদুনা শেম শারুবসু নত্তে। চাউবগী মীৎমাংদুদা মশা মথন্ত হোংদোকচরকপা শকফমনি, কুচুনি। মকে শেল্লবী য়ুমগী নুপী অমনা মপুরোইবগী মফমদা ওইনজবগা লোয়ননা শেম শারবা ৱাহৈ কয়ানা থাগী তলব ফংলকপা নুমিত্তা নাপ্পগী নাইন অমত্তং শাবীননবা তক্করকপগী শকফম ..., অদুগুম্বা শকফমদুনা, মদুগী ফজবা কুচুদুনা সনাতোম্বীগী নৌনা হোংদোরক্লিবা ফজরবা শকফমদুদগী করিদা তাগদগে? চাউবদু ঙক্রম্বদগী হঙ্থরকই। নুপী মমাঙদা লৈবা লৈতবগী ৱাফম খঙ্থরুদনা সনা শাবীগনি হায়না ৱাশকপগুম, নুপী মমাঙদা পাম্বোম তিংবগুম চাউবনা হায়খিবনি - হোয় থিবা তারেদনা। লুপা লিশিং য়াঙ্খে খক্কীদমক করিগী অদুক মাথা শারিবা? পম্বদে, চাউবনা কোয়চেন চেন্দুনা থিরুই। নুমিৎ নিনি লৈরগা লুপা লিশিং য়াঙ্খে পুরকই। সনাতোম্বীগী মখূত্তা পীরৈ।

— য়াম্না নুঙাইরে তাদা। তাদগী লমন পুন্সিগী কাউবা ঙম্লরোই।

— নঙগীদমক্তা শোইদনবা হায়দুনা মীঙোন্দা য়াম্না কন্না তন্নবগা লৌরক্লিবনি। মাল য়াওদ্রবদি পীরোই হায়দুনা শিখাঙ খাঙদুনা লৈরম্বনি। ঐনা তকমনবদুদা খাঙবা ঙমদদুনা পীরক্লবনি। শোরাত্তগী লাকপা পোৎপাংদুনা সিংদোকখিগদবনিকো, শোরাৎ হেক লোইবগা।

— অহোয় তাদা, শোরাৎ হেক লোইবগা শিংজগে।

অঙকপনি সনাতোম্বীগী পুকচেল। চাউবগী মপালদগী শোরাৎ অদু শোইদ-ঙামদনা পাঙথোকখ্রে। অদুবু চাউবনা মাগীদমক্তা পূবিরকখিবা শেনফম অদু শিংদোকপগী ৱাফমদি নাথৈদুনা থমখ্রে। শোরাৎ নোংঙানবগা দিবস পাঙথোকই। দিবস নোংঙাল্লগনি চাউবনা চঙলুবদু।

— সনাতোম্বী, পোৎপাংগী শেনফমদগী কয়া য়াম্না শাগৎপা ঙম্লে?

— তাদা শাগৎপগা ঙমহৌদেদা। হৌজিক ইখুৎসিদা শেল শিকি অমফাওবা লৈহৌদ্রে।

চাউবা শ্বাই লাউই। থাজদনা ঙক্না হংই।

— শোরাত্তদি শেল পুখদে হায়নবনি। করম হায়না ...?

মপূক্লিংদদি অশাউবা পুন্নমক ফূদোক্তুনা চৈনিংলবনি "নঙগী শোরাৎ খুৎশোনসিনা করম্বা শোরাৎ খুৎশোন্না? মী পুন্নমক্না শোরাত্তা শেল পুখদে হায়নরিবনি। ঐনা বারেমখৈ নঙগীদমক্তা পুরুরিবা শেলদু হাৎলগে হায়রিবরা? নৎত্রগা শেলফম অদু ঐনা শিংঙু হায়রিবরা? ঐসিবু নঙগী কনানো? নঙগী মরূম্বীরা ঐবু?" চাউবগী শকফমদু অশাউবগী মমি তারে হায়বা সনাতোম্বীনা খঙই। মখোয়না ফন্নিবদু সনাতোম্বীগী য়ুমগী কা মনূংদনি। সনাতোম্বীনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হায়রকই।

— তাদা ঞান তানা বারী শান্নখিসি। ঙাইহাক্তা ফমলম্মু। ঐ চা লোল্লুখিগে।

খোইহী তৈরবা চিম্বান্দগী থোরকপা খোয়থুম্নরবা সনাতোম্বীগী বাহৈ ওইরবসু চাউবগী মফমদদি হুগুম্না খাবা ওইখরে। নৈতানা ফমথবা ঙমলক্তে। ফুক হৌগত্তুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি। মপূক্লিংদা খল্লি, করিনুংগী হোইয়া ফরুবা। ঙাইহাক নৈরগা সনাতোম্বীদু চা কপ অমা পায়রদুনা চঙলকই। ফি ইল্লক্তে, ফুরিৎ লিৎতে, ফিদোন চিংখৎলি, ময়ুমনি হায়দুনা তৌজ শারিবা হায়দুরা, চাউবনা খল্লি। তথোৎ তথোৎলবা মায়থোঙ, তথোৎ তথোৎলবা ঙৌশ্রোক ঙৌরবা পাম্বোম, খৌরি অদুগা ফনেক্কী ফিদোন্না য়ৌবা ঙমদ্রবা থবাক্কী শরুক, মপুরোইবা নত্তবা নুপা অমগী মমাঙদা লেপ্লরিবা, করম্বা সনাতোম্বীগী বাখলনা লমজিংলক্লিবা? চা লোনবা চঙদ্রিঙৈগী মমাঙদদি ফীবম অসি ওইরমদে, ফি অমা নিংথিজনা ইল্লম্মী, পীক্লিবা মচানুপা চহী মরিমুক শুরবা অদুসু মখুৎ শন্নদুনা লৈমিন্নরম্মী। হন্দক্তি মচানুপাদুসু চঙলকখিদ্রে। চাদু তেবলদা থম্মী।

— চা থকসি তাদা।

তকোম তকোম শেৎলম্বা ফনেক্তু পরৈ হন্দোক্তুনা হাইদোক হাইজিন তৌদুনা নিংথীনা শেমজিল্লকই। মপুরোইবগী মমাঙদা তৌবগুমই, হঙ্গোইবা অমত্তা লৈবগী মওং উদে। হকথেংননা ওনশিল্লগা মফি শেমজল্লকপদুদা চাউবদু হৈনদদুনা, মায়থোঙ পুঙমদনা লৈমায়দা লুকথদুনা খাঙই। "করিনো মহাক্না চৎলক্লিবা লীচৎ শাজৎ অসিদি", চাউবনা লুকথদুনা খল্লকই।

— করি তৌরবগে চা থক্রুবদি?

— উম, থক্কনি। খরা ইংখিসনু।

সনাতোম্বীনা নোক্রদুনা ঃ

— অঙ্গৈংবা মীনিনা ঈংহনবা পাল্লিবনিনে। ঐখোয়দি ঈং তপচবকাইদু হৈজদবনিনা অঙ্গৈংবা হৈনজদে। অশাবা মৈথক্তগী পুথরকপদা ঙায়রিবদু ঙাইওমদনা হেক্তা থকচিনবদুনি পাল্লিবা।

— ঙৌ পোক্রবদি?

— পোক্লবসু করিসু কায়দে। নাম্মা শোয়বী হায়বদু ওইরবনিনা হৌজিক্তি।

ঙাহৈশিংদু নোকমি নোকমি হায়দোকখ্রবা মতুংদা সনাতোম্বীদু নে না তানা চাউবনা পাল্লিবা অশাবা সোকাদুগী মতাইদা কম্থরকই। মায়োক্লবদা ফম্ফম অতৈ অমত্তা লৈত্রবদৌনা ঃ

— তাদনা পুবিরকপা শেলদুগী নুংশা য়াম্না থীরব্রা? ঐনা কাগী তৌবনি, খৃত্তা পৈশা খরবুদি লৈ। হাপ্তা অমুক লৈরগা পৈশাদু শুনবা চপ চানা শিংগনি।

চাউবদু পুক্লিং খরদি লৈতাজরে হায়ববু সনাতোম্বীগী মহৌশাগা মান্নদবা শাজৎ অদুদা হৈনদদুনা "চৎলগে" হায়দুনা ফুক হৌগত্নুনা খোঙকাপ অমা অনি থাংদোকই।

— হৈমা, তাদা চা থক্তরে।

ইক আ ইক আ তৌদুনা চাউবনা খুম্মী।

— থক্ত-ব-সু য়া-রে-দা।

— হুম, থক্ত লাক্তবকা য়াপোৎ নত্তে। লাক্রো সে থক্লরো। সনাতোম্বীনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লক্লুনা চাউবগী মখুৎ পায়দুনা চিংশল্লি।

— থক্তবদি ঐ হাৎপা পাপ পুগদবনি।

সনাতোম্বীনা চাউবগী মখুৎ পায়ননবা হোৎনবদা মহাক্কী থোৎলবা হকচাংগী শরুকশিং অদু চাউবগী থবাক্তা থেংজিল্লুই। চাউবা মীৎকুপ অমত্তং গ্যান মাঙবগুম তৌই। মপাঙ্গল কনবা যণ নৎত্রগা ইরোই অমবু মপুনা নারেং পায়দুনা চিংলক্লবদা মতুং ইল্লক্লোইদবা খক লৈতে। চাউবদু নারেং পায়দুনা চিংনিংবা মফমদা চিংবীরবা ইরোইগুমখ্রে।

# ৬

চাউবনা শেল পুরুবগী ব্রাফম অসি মহাক্কী নুপী মেমীদা থক হায়দোক্কে। অদুবু মহাক্কা শারিবা মাথা অসিদি মহাক্কী নুপীগী মফমদা লোৎশিন্দুনা থম্বা ঙমগদ্রা? হাপ্পা অমা লৈরগা শিংগে হায়রম্বা সনাতোম্বীগী মচীন অদু অমুক থৈদোকখিবদগীনি মহাক্কা মাথা কন্না শারক্লিবসি। সনাতোম্বীনা শিংলক্কুবদি হৌজিক শেন্‌ফম অদু মহাক্কা শিংবা তাবনি। হায়নখিবা মতুং ইন্না শেনবু অদুনদি "শোরাৎ লোইখ্রে শেল শিংহল্লক্রো" হায়দুনা চাউবদা কন্না তকশিল্লক্লি। হায়নখিবা ব্রাফম অদু অসুম শোয়জিল্লকপদগীদি "থা ফারগা শেন্দোয় ওইনা পীরগে" হায়দুনা খামদুনা থম্লক্লিবনি। মহাক্কা সনাতোম্বীদা চত্তুনা হায়রুই।

— শেন্‌ফমদু শিংগৎত্রবনিনা, থা ফারক্লগা শেন্দোয় ওইনা পীখ্রসি। মহাক্কীদি চাদা তরানি। শেন্দোয় চাউমনবদগী মী অমত্তা মঙোন্দগী শেল পুনদ্রবনি। ঐনসু নঙোন্দা হান্না হায়খিবদুনি "মাগীদি শেন্দোয় য়াম্না চাউবনি, থুনা শিংদোক্কবা য়াদে" হায়'না।

— হোয়নে, শেন্দোয়দুবুদি হন্দবা য়াব্রদো? উপায় লৈতদুনা তৌরিবনিনে তাদা।

চাক চখোম অমা হুকখ্রবা মতুংদা চাউবনা ফন্না কুইনা চাক্লুক মমাঙদুদা তুমিন উংদুনা লৈবদু উবদা মহাক্কী নুপীনা হায়রম্মি।

— কৈদৌরবগে ঙসাইমখৈ মঙ মঙদুনা লৈবিরিবদুবো? হন্দক মরক্তি করিনো অমা ইতৌ তৌইদা। হেলোই ওক্লবক্লব্রা, লমলৈমা ওক্লবক্লব্রা খঙদ্রে। মাইবা অমত্তুং কৌরগা চবান থাদোক্কবদি য়াররোই।

নুমিৎ খুদিংগী পুন্না তুম্মীন্নবনি অদুবু মেমীদু চাউবগী মনাক্তা চঙলকউ হায়বা সুকয়া য়াখিদ্রে। পীক্লিবা অঙাংদু কোন্দুনা মহাক্কী ফমুংদা অসুম্মক হীগুনা লৈখ্রে। মথন্ত হীগুনা তৌরিবরা চাউবা তুমথবা সুকয়া য়ারমদে। পুংখায় খুদিংগী হৌগথলি অদুগা মপাল থোকই। অসুন্না অহীং অমদা মপাল অসুক য়াম্না তোয়না থোকপসি মমাঙদা অমুক্তা তৌখিদ্রি। ঘড়ী য়েংলুই, নোংয়াই মতুং পুং ১.৩০ তারম্লে। মেমীনা ঝারৌখিবা মীৎকুপশিংদা চাউবদু খাঙবা হেক্তা ঙমদে। পূক্লিং লৈতাফম খঙদে, তুম্বা য়াদে। অসুন্না তোয়না ঝারৌনরক্লবদি চাউবসি শোয়দনা পূক্লিংগী লায়না নারক্কনি। নোংমগী তুম্ননবগী গুলি অমত্তং চাহৌদ্রবদি তুম্বা য়াদ্রবা মী হায়বদু ওইরক্কনি। শাথীবা ঝাখলগী লায়নানা লাকহৎলক্তুনা মী হাৎলকপা নৎত্রগা মশা মথন্তা থৌরী য়ান্দুনা শিজখিবা ঙমগদবা মীওইনি। মেমীবু শাউদনবা থেম্নম্নবা মতুং ফনা কুইরবা মতমদনি। চাউবনা তপ্না হৌগৎতুনা মেমীগী ফমুংদা চঙলকই, — কাঞ্চল হাইদোক্তুনা য়েংই, তুম্নমদে মমিৎ ইরাও লাওনা পাঙদুনা লৈরম্মী। মায়থোঙ অদুদি হরাও তয়াম্বগী মমি মচেৎ অমত্তফাও তাদে। নুংশুক নুংজান্নবা ফুম্বংনবগী শকফমনি। মেমীদু মীৎকপ অমা তুম্নুরব্রা নৎত্রগা শুকতুম তুমদ্রিবরা হায়বদু চাউবনা খঙবা ঙম্নমদে। হন্দক্তি থেমজনবগী মহুত্তা ঝা অমত্তা ঙাঙদনা শুপকোন কোনশিল্লগা মহাক্কী ফমুংদা থাঙলক্তুনা থম্নরে অদুগা নাম্থোকখ্রনি মতাগুম চেজেৎ কোনশিল্লম্মী। মেমীনা নাম্থোক্কদবগী ফনা কন্না হোৎনজে, লাক্ল-ফানা ফনা কুইনা তৌই অদুবু চাউবগী চেৎলবা খুৎকোন অদুদগী নাম্থোকপা ঙমখিদ্রে। পাঙ্গল শোনবী নুপীজা ওইবী মতৌ হীক্লা হীক্লা কপথোরকই। চাউবনা নুংশিনা মপি তৈথোকপী অদুগা মকোক্তু মহাক্কী পাম্বোমদা মোনখাংনেহন্দুনা থম্নগা হায়।

— করিগীনো নঙনা ঐবু অসুক য়াম্না থাজদ্রিবসিবু। ঐদি নঙ নম্ভনা কনাসু খন্দে।

হন্দক্তি মেমী শাউবা ফরবমাল্লি চাউবগী থবাক্তা মমায়দু উপশিন্দুনা নিংঙাইদনা তুমথখ্রে। চাউবগী চরাঙনরম্বা থম্মোয়দুসু নেমথখিদুনা শান্তিগী তম্পাক্তা চীক্লা য়াতাখ্রে। অনীমক অতুম্বগী লাইরেম্বীনা নুংশিনা কোনবীদুনা মঙলানগী তাইবঙদা পুবীখ্রে।

# ৭

থা খরদি চাং নাইনা শেন্দোয় পীরক্লম্মী। অদুবু সনাতোম্বীগী করম্বা খুদোং চাদবনো শেন্দোয় হল্লকখিদ্রে। চাউবনা অনীরক অহল্লক চৎলুরবনি অদুবু নামৎ মাঙদুনা তোকই। শেনবু ওইরিবা থিকাদার তোলমু শাথীখ্রবা মীওইনি, শেল থৌবদা হালেংদবা নুপানি। শেন্দোয় পীরক্কবা থা অনী অহুম শুজিল্লক্লবা অদুদদি মৈ হৌদুনা চাউবগী ময়ুমদা লাকই।

— ভাই, করম তৌসি হায়বা? থা অহুমদি শুজিনখ্রে। নঙগী তলবতগী ওইনা খরা খরা শিংগৎলক্লবা তৌরো। মরূপ মপাংনি হায়দুনা চে চাংসু অমত্তা ইনহৌবা নত্তে।

— হোয়নে চেদুবুদি হৌজিক ইনরবসু করিসু কায়দে। অদুবু ইনগদৌরিবসি ঐগা নত্তে, শেল লৌরিবা মীশক্কুগা ইনবা তাবনি। হৌজিক চৎসি হায়রসু চৎসি।

শেল থৌবদা তোলমুমুক শাথীবসি চাউবনা অমুক্তা থেংনরক্তি লীকখ্রবা লুপ্রবা মীদানি। শেল থৌবা চৎপনা মহাক্কী নোংমগী শোয়ফদ্রবা থৌদাংনি। থিকাগী কোইচেন চেনবা অমসুং শেল থৌবা চৎপদা মশাগী মথৌ অদুক্কী মতিক চিনবা নুপানি। পম্বা তৌদনা চাউবগা মখোয় অনী সনাতোম্বীগী ময়ুমদা লাকই। ইনগদবা চে-চাং ইনরে সহি তৌনরে, চাউবনা শাক্ষি ওইবগা লোয়ননা গরেন্টরসু ওইরে। করিগুম্বা সনাতোম্বীনা থা মঙা ফানা শেন্দোয় পীখৎলক্তবা তারবদি চাউবগী তলবতগী লৌখৎপা হায়না এগ্রিমেন্ট ইনদুনা সহি তৌনরবা অদুদদি তোলমুদু ইঙনা তপ্পা ময়ুমদা হনখ্রে।

# ৮

থা অহুম, অহুমদগী মরি, মরিদগী মঙা। অসুম হৌখি থা তরুক শুজনখি। চাউবনা সনাতোম্বীগী য়ুমদা কয়ারক চৎলি। করিসু কান্নখিদ্রে। ওৎলৈ পালৈ তৌদুনতা লৈরে। "ঙমদদুনা তৌরিবনি, হকচাং ঙম্লুদ্রে, খুদোং চাদ্রে, মথং থাদা শোয়দনা ইনখৎলগে ..." লনশোৎপীনা পাউখুম ৱাত্তে হায়দুনি। এগ্রিমেন্টদা সহি তৌনখিবা মতুং ইন্না "থা মঙা হেনখ্রে" হায়দুনা তোলমুনা চাউবগী তলবতগী করুনবা থৌরাং পায়খৎলক্রে। দি. দি. ও. অমদি কেসিয়ারদা চে থাদুনা মহাক্কী তলবতগী থা খুদিংগী লুপা লিশিং মঙা মঙা করুনবগী থৌরাং লোইখ্রে। চাউবা মাথা শাই। লিশিং তরা হেন্না ফংবা মহাক্কী তলবনি অদুবু মরুপকী পৈশা হুনবা, মীঙোন্দগী পুশিল্লুবা শেন্‌ফমশিংগী শেন্দোয় হুনখিবা, শেলেপ ইনখৎখিবা ময়াম অদুনা সুপ্নগী লুপা লিশিং অহুমখক্তং লেপ্মী। মদুনা ইমুং মনুংগী চেং চাক ৱানবা অমদি দেব-কর্ম্ম, শোরাৎনচিংবদা পোৎপাং পীননবা ওইনৈ। হৌজিক অমুক তোলমুনা লিশিং মঙা ককখ্রবদি মহাক্কী আয় অসি জিরোদি লায়রদনা মাইনসলোমদা লাক্লগদবনি। কদায়দগী পৈশানা চেঙ ৱানগদৌরি, কদায়দগী পৈশানা দেব কর্ম্ম শ্রাদ্ধ য়াওগদৌরি। মহাক্কী নুপী মেমীদা খঙহন্দনবা য়াম্না চ্যেকশিন্না হোৎনজবনি অদুবু কান্নদে মেমীনা হান্না খঙলম্লে।

— হোয়া ফদুনা নুপী মমাঙ পাম্বোম তিংলুবগী হৌজিক্তি করি থোক্লে। ঐ চৎকে শেল থৌবদু। হা মরূপ নুংশিবগী নুপীনি ... অদুনি... অদানি।

— নঙনা চত্তুনা থৌরগা থোক্লক্কদবা শেনফম নত্তেদা। সনাতোম্বীদু মহৌশাগী সনাতোম্বী নৎখিদ্রবনি। মওং অমা তৌখ্রবনি। নুপা লৈতবদগী মাথাদু বেরা লৈরবরা কৈনোম তৌরে।

মেমীদু ফ্রং শাউগৎলকই।

— অদুদি নঙ হেক চৎপীরুরো। মপুরোইবদু লৈত্রবনিনা মপুরোইবগী মহুৎ শিনবীরুরো।

— অদুমহায়না হায়গনুনে নঙবো।

চাউবগী ৱাহৈদু তাশিন্নদনা ইমুংদা ফৎ চঙখি।

চাউবা শূমাং মতোন অদুদা নিংথমথাগী নুংশা য়াইনা য়াইনা মথন্তা খল্লকই।

"হৌজিক করি তৌগনি। ইমুং মনুংগী চান থক্লবনা কমদৌবা। চাক্কী ঈশিংগী, ঙারিগী ঙাতাইগী নোংমদা লুপা য়াঙ্খেদগী চাম্মদি অদুম চঙলিবনি। চাদবদি য়াদে, পোক্লবনিনা হিংদবা য়াদে। থোক্ল-থোক্লবা মায়রোং য়াবা তারেদনা। পূবরা লঙবরা কৈনো তৌদুনা মতম লেনবা তাবনি। সনাতোম্বীগী শাজৎ অসিনা করমহায়না তৌরিবনো? শোরাৎ মতূং নিনি চনবদা মখোয়দা চৎলুবদা উৎলকখিবা মহাক্কী শাজৎ। চা থক্লখো হায়দুনা খুৎ পায়দুনা চীংশনবদা ওইখিবা ফিবম ... থোৎলবা মহাক্কী হকচাং কয়াৎশিংনা হঙ্গোইবা লৈতনা থেংজিল্লকখিবা। ইরাং থাংবা মহাক্কী শকফম। শেল হাৎপা য়াননবা তৌশন্নরিবরা? তশেংনা মহাকসি ইরাং থাংবী নুপী অমরা? মহাক্কা খঙনরক্লিবসি কুইরবনি। ঙসি ঙরাংদগী নত্তে। অসুম্না ইরাং থাংলম্বী সনাতোম্বী নত্তে। য়াম্না চমজরমখ্রবীনি, ইংজ তপচরম্বীনি। সরতকা মহাক্কা নুংশিনহনখিবদু ঐননি। ঐ য়াওদ্রবদি ইকাই হায়দুনা মখোয় অনী নাইতোম উন্নৌ হায়বা খক য়াখিদে। অদুনা মখোয় অনী উন্নবা খূদিংগী ঐ য়াওখি। ৱারীফাওবা হৌদোক্লবা হৈতদুনা ঐনা হৌদোকপীখিবা কোঙ্গায়নি। ইকাই থীরিবনি হায়দুনা মমায় লুকথদুনা অয়াম্বা মতমদা লৈগল্লি। ঐনা হায়বিখিবনি।

— ইবেম্মা নমায়দু অসুম লুকথখিদুনা মমৈথংদা লীন ওন্দুনা চৎখিনিকো।

খঙহৌদনা সনাতোম্বীদু হৌনা নোকথোরকখি। ইকায়বা ফত্রবগুম ৱাহৈ কয়া লেপ্তনা মহাক্কী চীনবান্দগী থাদোরকখি।

— লীন ওল্লবা মতমদুদা তাদদা হান্না চীক্কনি।

— অমসিদি নুংশিবা সনামতূমনিনা চীক্লোইদবনিনে।

— উম, চীক্লোই। চীক্কদবা পাম্মুই।

— মাগী মাগী হায়'সে হেক্তা য়াদেকো। ছুম ঐ স্বাইসিদা নৈশিন্দুনা লৈবসি চুমদ্রে। মীগী অরুবা ৱারী কয়া শান্নগদবা মতমসিদা ঐনা চাপ্স থুগাইদুনা লৈরে।

অসুন্না ঐহাক মখোয়'নীবু অচিকপদুদা থাদোক্লল্লগা থোরকখি। অরাপ্পা মফম অমদা লৈবা হোটেলদা ফমদুনা মখোয়'নী লাকপা ঙাইদুনা লৈখি। ইকাইবগী মাইখূমদু ঐনা হাইদোকপীরম্বদগীদি মখোয়নী হঙ্গোইবা লৈতনা ফনা কুইনা ৱারী শুধনদুনা লৈখি। মখোয়গী মফমদদি মতম হৌখিবা খঙলম্লোই। অদুবু মখোয়গী ৱারী লোইবা ঙাইখিবা ঐগী ইফমদদি কয়াদা ৱাখিবা।"

# ৯

চাউবগী তলবদু লেম্বগী মহুত্তা পুখরে। তলব ফংবা নুমিত্তা মহাক্কী তলবতগী লৌহৌগদবা ককহৌগদবা ময়াম অসিনা শেন্নদুনা শঙদুনা অদুম্মক লৈনখ্রবনি। তোলমুগীদি মশা লাক্রুবসু কেসিয়ারনা থবৎ লাউনা হেক্তা ককহৌই। কেসিয়ারনা তোলমুদগী কান্নবা খরা খরা ফংজরম্বা তাই। নুমিৎ অদু তলব ফংবা নুমিৎনি। মেমীদু মহাক্কী নুপানা পৈশা খরা পুশিল্লক্কনি হায়দুনা সনধ্যা য়াচংবা অদুদা ঙাইদুনা লৈরি। নুমিদাংগী থোংননবা চেং খরদি লৈ হায়ববু ইস্নাংদি অমত্তা লৈতে। মোরোক মেৎলগা চাসি হায়রসু ঙারি লৈতে, থুম লৈতে, মোরোকফাওবা লৈতে। ইঙ্খোল শম্বলদগী হেক্কনি হায়বগী ব্রাখল লৈতে। গম্লাদা মরোই নাপাকপী খরা, তিলহৌ খরা থাবা নত্তনা অতৈ ইস্নাং থাফম লৈতে। চাক্তি ঙত্তানা থোংদোক্লুনা থম্লবনি। মহাক হেক হল্লকপগা দুকান্দগী হব্রাইরা, ঙারিরা কৈনোমা লৈরুগে হায়দুনা ঙাইরিবনি। মতমদি ফম্না থেঙলে, পাক হেক হল্লক্তে। পুং ৬ তগী তরেৎ, তরেৎতগী নিপাল - অসুম হৌখিদুনা পুং ৯.৩০. তাশল্লকই। চহী অহুম্মুক শুরবা মচানুপাদু ইস্নাং য়াওদনা চাক ঙাক্তা চারবা মতুংদা তুমখ্রে। অহিং থেংজিল্লকপগী মতিক মী চিকপা অসুম হেঞ্জিল্লকই। নুমিদাংগী পুং ৯.৩০ হেল্লক্লবা তরা তাগদৌরবা মতম অদুফাওবা হল্লক্রবদা মেমীদু নুংশা থীবা অমা য়াওশিল্লকই। অসুন্না অমুক্তা থেঙনা হঞ্জিল্লক্তবা নুমিৎ য়াওখিদ্রি। নোংমফাদোক থেঙনা হল্লকপা মতমসি পুং ৮ দগী হেনবা খক য়াওখিদ্রি। নিপালগী মমাঙদা হঞ্জিল্লকখিবা ঙাক্তনি। ঙাইনা ঙাইনা উইরোল শারোল তৌরকপা মীৎকুপ্তা মেমী'সি লমহাং অমদা চৎলিবনি হায়বগী মওং তৌই, মমাঙদা নুপী অমগা নুপা অমগা ঙাথু থেংথু চৎমিন্নবা উই। নুপাদু চাউবা অসুক্কী মতিক মাল্লি হায়দুনা চঙশিন্দুনা নাকচিদগী য়েংই। শোইদ্রে মহাক্তু

মহাক্কী নুপানি, চাউবনি। নুপীদুদি কনানো হায়না য়েংই। মানি, মহাক্তু সনাতোম্বীনি। লুখ্রাবীদুনি। চাউববু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা ঙম্বী, লুপা লিশিং য়াম্বেবু তরায় তরায় লুপা মঙা তরাগুম খন্দোক্তুনা লৌশিনখ্রগা পীথোরকপগী বাখল লৈতবী অফাউবী সনাতোম্বী ...। মেমীদু শাওনিংবনা লোইরম্মী। হৌনা অমুক্তং লাউথোকখি।

— ঙাইখো, চৎপা য়ারোই। চৎপা য়ারোই।

কন্না লাউরকপা মেমীগী খোঞ্জেলদু থোঙ্গাল ফাওবা তারম্মী। মতমদুদা চাউবদু থোঙ্গাল য়ৌশিল্লকপা মতমনি। "করি তৌরবজাৎনো অসুক কন্না লাউরক্লিবসিনা, হুরানবা চংলবরা?" য়ু ঙাওরবসু মাগী নুপীগী খোঞ্জেলনি হায়বদি খঙই। করি মরমগী লাউরক্লিবনো হায়না খন্থবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈজরি। মপুন্সিদা য়ু অমুক্তা থক্লকপা মী নত্তে। ঙসিনা অহানবনি।

পোকপদগী অমুক্তা য়ু থক্লক্তবা মানা ঙসি ইখং খঙহৌদনা য়ু থক্লক্লিবদি করিগী? মাথা শারগা য়ুদা তাইনৈ হায়দুরা নৎত্রগা কনাগুম্বা মীশুমহৈবনা মাবু য়ুগী লম্বীদা চীংশিনবীরিবরা? চাউবা য়ু থকপসু তিন্নৈ থক্তবসু তিন্নৈ। অথকপা কাওবুশিংগী মরক্তা কয়ারক ফম্মিন্নরুই, চাবদি য়াওই থকপদি য়াওদে। ঙসি মহাক্না থক্লক্লিবসিগী মরম অমদি লৈফম থোকই।

— চৎপা য়ারোই।

মেমীনা কন্না লাউখিবা মীৎকুপ্পুমক্তদা মঙলানগী তাইবঙ লোইশিনখি। মেমী মমিৎ খংপাঙ পাঙথোকই।

— কৈদৌরে হুরানবা চঙ-ল-বরা?

থোঙ্গালদগী লৈয়েং ইফাই ফাইনা লাউরক্লিবা মপুরোইবগী খোঞ্জেলদু তাবদা মেমীদু ঙকপনা লোইরে। করিগীনো মহৌশাগী খোঞ্জেলগা মান্নদনা লৈয়েং ফাইরিবা? ঙকপগা লোয়ননা থোরক্তুনা য়েংলম্মী। উরে চাউবদু থোঙ্গালদগী হাইরং হাইরং চঙলক্লি। নুমিৎ তারম তাফাত্রিঙৈদগী থেঙলবা মতম অসিফাওবদা ফমুংদা কাখত্তুনা ঙাইজরকপা মপুরোইবা অদুনা মহাক্কী মীৎমাংদা লাক্লবসিদা ওইরক্লিবা ফিবম, ফম্না ফম্না উইবদা মঙখিবা মঙলান। মসিদবু মেমীদু কপকদরা নোক্কদরা হরাওগদরা? চাউবদু হাইরং হাইরং চঙলক্লগা মাঙ্গোল দারিদু কাখৎকে তৌবদা

উপথুননা তুশিল্লি। মথন্তা হৌগৎলকপরা হায়না ঙাইহাক মেমীদু য়েংদুনা লৈ। পাক হৌগৎলক্তে। হৌগৎপীগে হায়দুনা চঙশিল্লুই। তাঞ্জাদুমক্তদা "ওক" লাউবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা চাউবগী ময়াদগী ঙসাইমখৈ চাশিল থকচিল্লুবা ময়ামদু থ্রোক থ্রোক হন্দোরক্লে। মনমদু হৈনদদুনা মেমীদু মচিন মেনশিল্লগা খাঙই। মমীত্তগী মপি মতুম মতুম চেম্থরকই, কপ্লি কপ্লি হায়রকই।

— করি পেন্দবা লৈদুনা য়ু থক্লক্লিবা? হায়য়ু। করিগীনো হায়বা?

— ঙাইখো ভাব তানা ৱারী শান্নখিসি।

য়ু ঙাওরগা ঙাঙলকপা খোঞ্জেলদু তাবদা মেমীদু অসুক্কী মতিক শাউনিংলম্মী, কপসু কপনিংলম্মী। কপ্ল কপ্লদুনা হায় -

— য়ুমগী অৱা অনা পুনিংদদুনা ঙাওশিন্নগে খন্না ঙাওশিন্নবা নৎত্রদো? নঙগী শেলহাৎপী, তৌঙম্বীদুনা য়ু থকউ হায়দুনা ইনশিল্লকপরা? ফৈ, খঙনিদনা...। ঐদা য়ুমসিদা লৈত্রগা খঙগদবনি।

মেমী ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙখি। তুম্লিবা অঙাংদু চিংথোক্তুনা থোক পোশিনখি। উপু হাংদোক্তুনা ফিরোল অমা নি পুথোক্লগা শৎ শৎ য়োমশিল্লি। ময়োমদু পায়রগা খোঙকাপ লাওনা গম গম থাংলদুনা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। অহীং অদু মৈ লাক্তবা নুমিৎ ওইবনা অসুক্কী মতিক মম্লম্মী। মেমী থোঙ্গাল লাম্থোক্তুনা লৈরক মচীন য়ৌথ্রে। থোঙ্গাল লাম্থোক্লে' ফাওবদা শাউনিংবগী ময়াইনা মশাদা অকিবা অমত্তা ফাওরমদে। মমখ্রবা লৈরক অদুদা কনাসু চত্তে, মায়কৈ খুদিং, য়েংলু য়েংলু খুদিং অমম্বগী অমম্বমক্তা, অমুবগী অমুবমক্তা। লৈরক মচীন য়ৌশিল্লকপা মতমদুদা কদোমদগীনো হুই অনি অহুম চেনশিল্লক্তুনা লাক্কদবগী মতাগুম হৌনা হৌনা খোংজিল্লরে। অকিবা ফাওরমদবা মেমী পাখৎপা হৌরক্লে।

অসোমদনা চাউবদু মকোক ঙাওনা ঙাওনা মাগী নুপীবু 'চৎখিনু' হায়দুনা খামগদবগী চেম্থোরকপদা থোঙ্গালগা থংননা লৈবা খোংবাল অদুদা চবুক লাউনা তাশিল্লি। "মেমী" হায়না কৌরম্বা খোঞ্জেল অদুগা হেক থংননা চবুক লাউবা হৌরবা খোঞ্জেলনা মেমীগী নাকোংদা য়াক্লা খোংলিবা হুইগী মখোলশিং অদুগী মরক্তা চঙলকপা মীৎকুপ অদুমক্তদা শাউরম্বগী মীহুলশিং অদু খুদক্তা মাঙখিরম্মী। নুংশা থীবগা লোয়ননা থোঙ্গাল্লোমদা মায় ওনশিল্লক্লম্মী। অমম্বা মরক্তুদা মমি শামি উরে, নুপা অমা খোংবালদা তাশিনবদু। খুদক্তা হুইশিং অদু নুং খুন্দুনা থোমদুনা

তাহ্রোক্লমগা থোঙ্গাম্লোমদা চেনশিল্লক্লম্মী। নকশিল্লক্লবদুদদি তশেংনা খঙবা ঙম্লে। খোংবালদা তাশিল্লিবা নুপাদু চাউবনি।

— নথম্তা চৎচবফাওবা ঙমদ্রবা নঙনা প্রপ প্রপ হোৎতোরক্লগা খোংবালসিদা চোংথরিবনিনে।

থুনা চঙশিনখিদুনা মখুৎ পায়দুনা চাউববু চীংখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী। লূমখ্রবা মশাদু পাঙ্গল গোনবী নুপীগী মপোক্তা পোক্লবী মেমীনা করম্না চীংখৎপা ঙমগনি। চাউবদু মখোঙ মখুৎ খরা লেং ওক্তুনা হৌগৎনবা হোৎনরম্মী, অদুবু মকোক ঙাওমনখিদুনা অপীকপা খোংবালদুদগী মথন্ত হৌগৎচবা ঙম্লমদে। মেমী মনঙ্গন্দা প্রীনর্সরী ক্লাস তম্লবা অঙাং অমসু পোরিবনি। তাঞ্জাদুদা য়ুমলোন্নবদা লৈবা পাখং খোমদোন ময়ূমদা হঞ্জিল্লকই। তৌরিবা ফিবমদু করিনো হায়দুনা খোমদোন্না চঙশিল্লক্তুনা য়েংলরে।

— হাইমা, ইতৈমা। তাচাউবা নৎত্রো খোংবালদা য়ুংশিল্লিবসিবো?

— হোয় মানি ইবুংঙো। লূমখ্রবা মশাসি ঐনা চীংখৎপা ঙম্বগী বা লৈতে।

— ঐ তৌগে ইতৈমা।

খোমদোন্না চাউববু শেগ্রাক অনিদা চপতুনা চীংখৎলকই অদুগা চীংবোই থাংবোই মখোয়গী ইমুং তান্না পুশিনবীরম্মী।

— ইবুংঙো থেংনবা য়াম্না নুংঙাইরে। নৎলমদ্রবদি মহাক অহীংচুপ্পা খোংবালদা নোংঙানবা ঙাইবা তাবনি। ঐনা চীংখৎপা ঙম্বসু নত্ত, ওহ্রোক্লা ব্বারমখ্রগদবনি।

— করমহায়না তৌরিবজাৎনো। তা চাউববু য়ু থকপা হৌরবরো?

— অমুক্তা থকপা মী নত্তে। ঙসিদি করি লাই ওক্লরক্লবনো, লমলৈমা ওক্লরক্লবরা খঙদ্রে।

খোমদোন ময়ূমদা চৎখ্রে। চাউবা মহাক্কী ফমুংদা অশিবা শা অমগুম পদ্রাক তাদুনা লৈবদু মেমীনা হাইফেৎ য়েংলম্লগা তূমগদবগী চৎখ্রে। ফনা কুইনা তূমথবা য়াখিদে। য়ুগী ময়ায়না চাউবদি খ্রো খ্রো খোংদুনা হৌদোকপা য়াররোইদবগী ফীভমদা তূমখ্রে।

# ১০

মীয়াম্না লেপ্তুনা ফূজিল্লকখিবা অদুদা নুং পায়দুনা শুজিল্লম্বসু য়াওবা মাল্লি লূখমগী শরুক খরদি ফজনা তৎলে। পুলিসকী মীওইশিং অদুনা চাউববু হোসপীতালদা পুখত্তুনা ডাক্তরদা য়েংহল্লম্মী। ডাক্তরনা অশোকপা মফমশিং অদু ফোৎলবা মতৃংদা বেন্দেজ নীংথিনা পুনশিনবীরকই। লোক-অপতা থাজিল্লমদাই অদুদা পুলিসকী ম্না হংফমদা মহাকপু থাজিল্লি।

— নমিং করি কৌই?

— চাউবা।

— য়ুম্নাক্তি?

— থোকচোম।

পুলিস অদুনা চে কলম পায়দুনা চাউবনা খুম্লকপা পাউখুম খূদিংমক ইশিল্লম্মী।

— অপোকপগী মিং করি কৌই? করি লমদা লৈবনো?

— অপোকপগী মিং লৈখিদ্রবা থোকচোম মনি। শগোলবন্দ তেরা সাপম লৈরক্তা লৈজে।

— চহী কয়া শুরে?

— কূষ্থামরি শুরে।

— পাখংলা নৎত্রগা নুপী থিরবরা?

— নুপী থিজরে।

— অঙাং কয়া লৈ?

— অমখক্তং লৈ।

— নুপারা নুপীরা? কয়াম চাউরে?

— নুপানি। চহী অহুম্মুক শুরে।

— সনাতোম্বী হায়রিবা নুপীসি মশক খঙবরা? নহাক্না মহাকপু ইজ্জৎ মাঙহনগে হোৎনরম্মী হায়বসি চুম্নব্রা?

— সনাতোম্বী ঐগা খঙনরকপা ফম্না কুইরে। চহী তরামুক ফারম্নগনি। ঐনা মহাকপু ইজ্জৎ মাঙহন্নবা হোৎনখি হায়বসি অরানবনি। ঐনা মহাকপু লাম্না খক য়েংখিদ্রি।

— ময়াম চঙদুনা নঙবু ফূরম্লিবদুদি করিগীনো? মীবু হেক্তা পঙফু ফূবা য়াবরা?

— সার, ঐহাক্না মহাকপু ইজ্জৎ মাঙহনগে হায়বগী ৱাখল অসি মঙদা ফাওবা মঙখিদ্রি। সনাতোম্বীগী নুপা শিখিবা হাকতক্তা শোরাৎ শোন্নবা হায়দুনা ঐহাক্না লুপা লিশিং য়াঙ্খেখক পূরবগা মঙোন্দা শিজিন্নহনখি। শোরাৎ হেক লোইবগা শিংলক্কনি হায়রম্বদু শোরাৎ লোইরবা মতুংদদি তাইওন্নবা ওইনা থোকখি। হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক চত্তুনা শেন্‌ফম অদু শিংগৎলকনবা হায়রুই অদুবু কান্নবা অমত্তা ফংখিদে। শেন শিংবগী মহূত্তা সনাতোম্বীনা ঐবু পঙথহন্নবা কয়ারক হোৎনখি। মখোয়গী য়ুমদা চঙলুবদা ঐবু মাগী অচীকপা কাদা কয়ারক ফমহন্দুনা কুইনা কুইনা ৱারী শান্নবা হোৎনখি। ঐনা চৎননবা হৌগৎলকপা মীৎকুপ কয়াদা ঐগী খূৎ শয়দুনা থামখি, অসুম্না ভৌবদা মহাক্কী থোৎলবী মশাদু ঐঙোন্দা থেংজিন্নকপা কয়ারক য়াওখ্রবনি। অদুবু ঐহাক্না নোংমতা মহাক্কী মশা শোকপগী ৱাখল তৌখিদে। মহাক্না খুদোংচাবা কয়া পীরবসু ঐহাক্না লৌখিদে। মহাক্কীদমক্তা তোলমুদগী শেনফমদু পূরম্বনি। থা খরা শেন্দোয় হুন্নম্মী। অদুদগী উপায় লৈত্রে হায়দুনা অসুম্নক পীরকখিদ্রবনি। শোমদদি তোলমুনা ঐগী তলবতগী লুপা লিশিং মঙা-মঙা থা খূদিংগী কক্তুনা লৈরে। অসিদসু নত্তনা মীগী শেন্দোয় সেলেপ কয়া ফুক্কৎনবা হোৎনবদা ঐগী তলবনা কোন্নদদুনা মাথা শাবা হৌরকখি। ঐগী পুন্সিসি পোথাফম খঙলকখিদে, অদুনা ঐহাক পোথাবা য়াব্রা য়েংগে হায়দুনা য়ু থকপা হৌরকখি। অমরোমদা সনাতোম্বী হায়রিবা নুপীসি পাউনা বাজারগী গলি অমদা হোটেল ফম্মী।

মহাক্কী হোটেল অসি চাগী নত্তে, চাক্কীসু নত্তে, য়ুগী হোটেলনি। হিংননবা য়ু য়োল্লিবনি হায়। য়ু য়োল্লগা কয়া য়াম্না তোংলবজাৎনো, মহাক্কী শেন্দান লম্বীদা কয়া য়াম্না ফগৎপা ঙম্বনো হায়বদুদি খঙদে। ফগৎলম্বা য়াই। মহাক্কী শেন-থুমগী ফিবম ফগৎলবদি ঐনা পূবিরুরিবা শেনফম শিংগৎপা হৌজবক্লগনি। মহাক্কসু হায়খি — "তাদা মসিগী কারবার অসিনা খরা কান্নজরে। তাদগী শেনফমশিংদু খরা খরা শিংগৎপা হৌরক্লগে।" মহাক্কী য়ুয়োনফম অদুদা ঐহাক্না তোয়না তোয়না চৎপদগী ঐহাক রেগুলার ভিজিটর অমা ওইরকখি। নোংমতং মহাক্কী য়ুয়োনফমদু য়ৌহৌদবদা খাঙবা ঙমখিদে। অহানবদদি শেল শিংগৎলিবনি হায়দুনা শেনফম খরা খরা পীরম্মী। অদুবু কুইদে, খরা লৈরগা পীরকখিদ্রে। মপুরোইবগী শোরাৎ হেক লোইবদগী ঙসি চহী অমা ফারক্কদৌরবা মতম'সিফাওবদা মহাক্না শেন্দোয় শেলেপ পুল্লগা শিংগৎলক্লিবনি হায়না তৌরিবসি লুপা লিশিং তরাফাওবা শুবা নত্তে। য়ু য়োনফম হোটেল অসি ফম্নবা মতুংদা লুপা চামঙা খরা পী, চনী খরা পী, চাম্মা খরা পী, চীৎচা পোইজাদা মথোঙ খঙবা নৎত্রে। অদুম ওইদুনসু চাম্মা খঙদে চনি খঙদে মহাক্না পীরকখিবশিং অদুদি ঐগী দাইরিদা ইশিন্দনা তোক্তে। হিসাবতু ঐঙোন্দা অসুম্মক চপ চানা লৈ। মহাক্নদি লুপা লিশিং কুন/কুন্থা শিংগৎখ্রে হায়নকা খল্লম্বসু য়াই। অহানবদা মাগী য়ুয়োনফমদা হিদাক থকপা চঙবদা পৈশা পীফম থোকপশিংদু অসুম্মক পী। খরা লৈরগদি ঐসু পৈশা থাদদ্রে, মানসু য়ু থকপগী পৈশা পীরম্মু হায়রকখিদে। অদুবু মী অমনা থকপা য়ুবু কয়া য়াম্না থক্কনি হায়গে। পব্রা অমদগী তঙ্খায় অমা মঙাই। চানবসু লুপা মঙা তরা মঙাই। ঐনা মাগীদা চঙবসু মরূপ মপাংশিংগা চঙমিন্নবা নত্তে। অয়াম্বা মতমদা ইথন্তা থকপা চঙই।

মহাক্কী য়ুয়োনফমদা মখল মখলগী মী লাকই। য়ু থকপা লোইরগা তুমিন্না হনখিবা কয়া, থকপা লোইরবসু অসুম্মক ফমজিন্দুনা দিন লেনবনা কয়া অমনি। নুমিৎ অদু অসুম্না থোকখি। মতমদু পুং ৩.৩০ তারে। ঐহাক স্কুল অমদা ওঝা ওই। স্কুল ছুটি থারবা মতুঙদা সনাতোম্বীগী য়ুয়োনফমদা চঙলুই। মতমদু ঙল্লিবা মতম ওইবনা মী কনাসু ফম্লমদে। মতমদুদা ফম্লিবদু ঐহাক ইথন্তনি। ঐগী মাঙদা য়ু পরা অমা অদুগা অচাপোৎ খরা খিল্লগা ফম্লিঙে মীৎকুপ্পুদনি। ঐনা পৈশাগী ৱাফমদু হৌদোক্লুই।

— সনাতোম্বী, নহাক্না পীরকপা খুদিং ঐনা চীথদনা ইশিন্দুনা থম্লি। হৌজিক ফাওবদা নহাক্না পীখৎলক্লিবসি লুপা লিশিং নীপাল চাম্মঙা খক্তা ঙায়রি। করম

তৌসিগে? তোলমুনদি ঐগী তলবতগী থা খুদিংগী লুপা লিশিং মঙা মঙা লেপ্তনা অসুম ককখিবনা লুপা লিশিং নীফুমঙা শুখ্রবনি। মদুসু শেলেপ অমত্তা য়াওবা নত্তে শেন্দোয়নি।

— ফরে কৈদৌরগে? তাদগী তলবতগী ককথ্রবদি শিংবগা চপ মান্নরবনি। শিংদ্রবসু য়ারেনা কৈনো। তাদা ইবানিদি অমত্তনি। হৌজিকপু মীতোপনি হায়না লৌবীরিবরা?

ঐ ঙকপনা থনখি। মী তাখ্রবদি খন্দুনা পাখৎপনা লোইরম্মী। অমরোমদা শাউনিংবনা লোইরম্মী। ময়াক কনবা য়ু পরা অমা থকচিনখিবগী নিশা পানখৎলকপগা শাউনিংবগী ময়ায়গা পূনখিদুনা অফ-ফৎতা খঙদবমখৈ গ্লাসকা লিক্রিগদু ইমাঙদগী লংখায়খিরম্মী। অহানবদা সনাতোম্বীগী মায়থোঙদু পাখৎপনা থল্লম্মী। থংনবা মীৎকুপ্তা ঐনা মহাক্কী মখৌরি চরম মেৎকে খন্দুনা চঙশিল্লুবদুমক্তেদা মহাক্কা মফুরিংকী কুদাম থদংলম্লগা শেংলিবা মফনেক্তু হুন্দোক্রম্লগা "ঐবু ইজ্জৎ মাংহনগদৌরে হায়রদুনা লাউ লাউদুনা চেপ্পোকখি।" মসিনি সার। থৌদোক অদু অসুম্না ওইখিবনি।

ইনকারী সেলদা ফম্লিবা পুলিস অদুনা ঙসাইমখৈ চাউবগী ৱারী অদু তানা তানা ইশিনবা য়াবা রিপোর্ত্তু ইশিল্লবা মতুংদা মহাক্কী কাদগী থোকখিবা য়ারগনি হায়বগী ইঙ্গিৎ তৌরক্লম্মী। চাউববু শেন্নরিবা পুলিসশিং অদুনা ইনকারী সেলদগী লোক অপলোমদা চাউবদু মখুৎ তুংবুন্নদুনা পুরক্লম্মী।

## ১১

সনাতোম্বীনা পাউনা বাজারগী গলি অমদগী মফি মরোল মথোঙ খঙদনা পাখৎনা চেঙ্ছোরকখিবা নুমিৎ অদুগী মথং নুমিৎ পুং ১০ মুক তাবা অদুবাইদনি। ইম্ফাল থানাদগী পুলিস গাড়ী অমা লাক্তুনা সনাতোম্বীবু ওফিসতা অমুক্তা য়ৌদবা য়াদ্রে হায়দুনা কৌখৎলরে। ব্রাহং খরা হংগদবনি হেক লোইবগা থিনবীরক্কে হায়দুনা পুলিসকী গাড়ীদা কাখৎহন্দুনা পূন্না চৎমিন্নখ্রে।

ইনকারী সেলদনি। পুলিসনা সনাতোম্বীবু ব্রাহং পাউহংলি।

— নহাক য়ু য়োনবরা?

— অহোই য়োল্লি।

— কদাইব্রাইদা য়োল্লি?

— পাউনা বাজারগী গলি অমদা।

— নপুরোইবা লৈবরা? মমিং করি কৌই।

— লৈত্রে। ঐহাক লুখ্রাবীনি।

— চাউবা হায়রিবা নুপাসি নহাক মশক খঙবরা, মহাক নহাক্কী য়ু য়োনফমদা য়াম্না তোয়না লাকপরা?

— চাউবা হায়রিবা নুপাসি চহী তরাগী মমাঙদগী ঐহাকা খঙনজরকই। ঐগী য়ু য়োনফমদা য়াম্না তোয়না লাকপা নুপাশিংগী মরক্তা চাউবসু অমনি।

— চাউবনা পৈশা খরা নহাক্কীদমক্তা পূবিখিবরা?

— অহোই পূবিখি।

— পৈশা অদুদি শিংদোকখ্রবরা?

— তংখায় অমা শিংখ্রে। তংখায় অমা ৱাৎলি।

— ঙরাংগী থৌদোক অদু করম্না থোকখ্রিবনো?

সনাতোম্বী পাউখুম পীরমদে।

— নহাক্না চাউববু পৈশা অমুকহন্না থৌবা লাক্তনবা খোঙ্গোইনগে খন্দুনা মীয়াম মমাঙদা ৱাথোক অমা শাগৎপনি। মদুগীদমক নহাক্কী নথক্তা পুলিস কেস অমা ফাইল তৌগনি।

— নত্তে, নত্তে সার। ৱাফম অদু পূমলাল লাল্লবনি। ঐগী ইথক্তা কেস ফাইল তৌফম শুকথোক থোক্তে।

— অদুদি থৌদোক অদু করম্না থোকখ্রিবনো হায়বদু মরিক চূন্না তম্লকউ।

— চাউবা হায়রিবা নুপাসি ঐগা খঙনরকপা ফনা কুইরে। ঐনা য়ুম পান্দ্রিঙৈদগনি। ঐগী লৈখিদ্রবা ইপুরোইবা মোইরাংথেম সরত অমসুং ঐ পাখং-লৈশা ওইরিঙৈদা নুংশিনরকই। চাউবা সরতকা লুনা তিন্নবা মমান্নবনি। সরতকা চাউবগা অয়াম্বা মতমদা থান্নদে। সরতনা ঐগা উন্নবা লাকপা খুদিং চাউবা য়াওরকখি। পাখং-লৈশা ওইরিঙৈ হাকতক্তগী চাউবনা ঐঙোন্দা কল্লক মীৎয়েং য়েংলকখি। অহানবদা সরত অমসুং ঐ য়াম্না ইকায়নরিঙৈ চাউবনা পাউ পুথোক পুশিন তৌবা মী অমা ওইরকখি। মহাক্না ঐবু মচন অমা ওইনা নুংশি হায় অদুবু চৎলিবা মহাক্কী শাজং অদুন্দি ঐবু মচন অমা ওইনা উবা ঙমদে হায়বা খঙলকখি। মহাক্না ঐগা য়াম্না কোইনদবগী থৌনবা থৌদোক অমা থোকখি। নোংমা তাঞ্জা অমদা মহাক্না ঐগী খূবাক তিংথোকউ খূবাক মরি য়েংগে হায়রকখি। ঐহাক্না খূবাক তিংথোকপদা ঐগী খুত্তু মহাক্না কুইনা পায়শিন্দুনা লৈখি। ঐনা হংখি।

— করিনিহায়গে'দুদি? খূবাক ময়িদি য়েংদনা?

— নঙগী নখূৎসি য়াম্না ফজৈ হায়দুনা তৌবনিদা। নুমিত্তুদগী খঙখি মসিগী নুপাসি ঐঙোন্দা কল্লকপা অমদি লৈরে। মহাক্কী মীৎয়েং নায়েং কয়াদা ঐবু পাম্বগী খুদম কয়া থেংনখি। য়ুম পাল্লক্রবা মতুংদসুনি মহাক্কী মীৎয়েং অসি ইচুম চুন্নমদে। নোংদম থীনা তম্লম্বা মপোক ওইখিবনা ঐগী ইপুরোইবদু নোংমা শকখঙদবা মীওই

অমা অনী লাক্তুনা অস্বাইফাওবা থোক্লুসি, ৱারী অমতং শান্নসি হায়দুনা কৌথোকখিবদগী অসুম্মক হন্নকখিদে। য়ুমদগী কৌথোকখ্রবা মতুং নুমিৎ নিনি লৈরগা ইপুরোইবদু অশিবা হকচাং ওইনা লম্নাং অমদা তাদুনা লৈরমখি। মহাক্কী হকচাংদা নোংমৈ মরূ মঙা কাপশিনখিবগী দাগফম লৈরম্মী। কন্নানা কমদৌনা হাৎলম্লিবনো হায়বদু অসুম্মক খঙখিদে। লায়রবা মী অমা ওইরুবনা ইপুরোইবগী শোরাৎ শোন্ননবা হোৎনবদা অৱাবা মাইয়োক্নবদগী চাউবদা পৈশা থিহল্লি। ঐগীদমক্তনি হায়রবদি মহাক শিবা নাবা কিদে। নোংমা নিনিগী মনুংদা লুপা লিশিং য়াম্থে তরং তরং পুদুনা লাকই। ঐগী মরী মতানি হায়দুনা খুৎলিং পালিংবা মী কন্নাসু লৈজদে। মরম অদুনা মহাক্না ঐগী খ্বাইদগী নক্লবা মী ওইখি। মহাক ঙাইহাক লৈতনা ঐখোয়দা লাক্তুনা অৱা-অনা হংলৈ, তাথোক তাশিন তৌনরৈ।

নুমিৎ অদু, শোরাৎ মতুং নুমিৎ নিনি চনবদনি। চাউবনা ঐখোয়দা লাকখিবদু মী চীকপা তাঞ্জা ওইরম্মী। ইমুংদা মী কন্নাসু লৈতে। অসুম্না মী চীকপগী তাঞ্জাদু লৌদুনা মহাক্না ঐঙোন্দা নুংশি কাইহৌরকখি অমদি ঐহাক্কী নুপীওইবগী ইজ্জৎ মাঙহনবীখি। নুমিৎ অদুগী মতুং কয়াদসুনি মহাক্না খুদোংচাবা য়েং য়েংদুনা ঐঙোন্দা কয়ারক হন্না কাইহৌরকখি, কয়ারক হন্না ইজ্জৎ মাঙহনখি।

— মহাক নশানা য়াজখিবা নৎত্রা? মদুবু ইজ্জৎ মাঙহনবা কৌগদ্রা?

— ঐহাক ইশানা শুকয়া য়াখিদে সার। মহাক্না নম হাদুনা পাঙথোকখিবা ঙাক্তনি। মহাক্না ঐবু মহাক্কী অনীশুবা নুপী ওইনা থম্বীরগনি হায়দুনা তক্তনা থেমলৈ। মহাক্না অসুম্না থেম্নদগী ঐহাকসু থাজবগা লোয়ননা কোম্লুংদদি ইশানা য়ানা য়ুম্বান মরি কয়ারক হন্না থম্নখি।

লৌদোক্লু অসুম্না থোকখিবনি। মহাক ঙরাং ঐগী য়ুগী হোটেলদা ফমদুনা য়ু থক্লে। নেসা পাম্লক্লবা মতুংদা ঐঙোন্দা লুপা লিশিং অমতং পীদবা য়াদে হায়দুনা কন্না তকশিল্লকখি। ঐঙোন্দদি লুপা চনীদগী হেন্না য়াওরমদে। লুপা চনীদু পীয়ু হায়দুনা পীখ্রবা মতুংদসু মহাক পাক চৎলমদে। মহাক্না হায়রকখি।

— মহাক্না শিংগদবা লুপা লিশিং কুন্মাঙা অদু ঐনা লোয়না শিংখ্রগদবনি। মসিদবু মহাক্না অসুক য়াম্না ঐবু মীরাইরিবা করিগীনো?

ৱাহৈ অসি হায়বগা লোয়ননা ঐগী খজাইদা শিল্লকখি। ঐনা শাউরংননা মখুত্তু কপ্পোক্তুনা হায়খি।

— তৌরনুসে। নঙগী অৱাৎপা শেনফমদু ঐনা য়াম্না থুনা শিংগনি। ঐবু শেনফমদু কোকপীনবা হায়দুনা নঙোন্দা ওক্তবী খল্লিবনি কাইনা খনবীরব্রা? চখোকখ্রো চৎলু নশক্তু য়েংনিংদে, মসি বাজারনি য়ুম নত্তে।

মতমদুদা অতোপ্পা মী কনাসু লৈরমদে। মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা মহাক্না ঐবু কন্না কোনশল্লকখি। মহাকপু অসুক্কী মতিক তুকচ্চবা ফাওরম্মী। মহাক্না ঐবু নুংশিবা নত্তে, ঙাইহাক্কী ইন্দ্রিগী অপাম্বা কোক্লনবা শান্নপোৎ ওইনা ঐবু উরে খল্লকপদগী অসুক্কী মতিক শাউনিংলম্মী। ঐনা নাম্থোক্লবা হোৎনবা অমদি মহাক্না কোনশিন্নবা হোৎনরকপা অদুদা ঐগী ফুরিৎকী কুদামশিংদু ইতৎ তৎলম্মী অদুগা ঐগী ফনেকসু নাম্থদুনা তাখিরম্মী। ইশা কঞ্জনবা হায়দুনা ফীবম অদুদা ঐহাক্না গলিদগী চেম্থোরক্লুনা লম্বীদা চৎলিবা মীয়ামদা কনবীনবা লাউখিবনি। মদুদগী ময়াম চঙদুনা চাউববু ফুখিবনি।

মহাক্না লীরিবা ৱারী তন্নিবা পাউদমশিংদু পুলিস অদুনা অমত্তা চিথদনা ইশিল্লম্মী।

# ১২

তোলমুনা চাউবগী তলবতগী থা খুদিংগী লুপা লিশিং মঙা-মঙা ককপগী খুদোংচাবদু ফংবগীরা চাউববু জেলদা থাজিনখরে তাবদা নুংঙাইরমদে। পাউ হেক তাবগা পুলিস ষ্টেসন্দা খুদক্তা লাক্লুনা পুলিস ওফিসারশিংগা উন্নরম্মী। করি করম্না চাউববু লৌথোকপা য়াগদগে হায়বগী ৱাফম খন্নরম্মী। লুপা লিশিং তরা থীরবদি বেল আউট তৌবা য়াগনি হায়রকপদগী মথং নোং হেক ঙানবগা ওফিস মতমদা লুপা লিশিং তরা পুদুনা পীরবা মতুঙদা চাউবদু বেলদা থাদোরকখি। মখোয় অনী উন্নবদা চাউবনা হায়।

— মরূপনা ঐগীদমক্তা মতেং য়াম্না পাংবীরে।

— মতেং পাংনদবা য়াবরনে। মরূপকীদমক্তা ঐ লৈরিবসিদি।

— করিনা লমন শিংগদবনো ঐ খঙদ্রে।

— করিগী লমন্নোনে, মরূপনা মরূপকী মতেং পাংববু লমন অমুক কৌনখিদ্রা?

তোলমু শেল থুমদা অসুক য়াম্না চেকশিনখ্রবা অমদি লীকখ্রবা মীদানি। শেন্দোয় থৌবদা অসুক্কী মতিক নুংশি হৈতবা মীওইনি, থম্মোয় কনখ্রবা হীংচাবনি। অদুবু অসিগুম্বা হীংচাবা অসিগী থম্মোয়না লুপা লিশিং তরা পুথোক্লুনা চাউববু অৱাফমদগী কনবীররিবা, পৈশা অদু পুথোকপীবগী লমন শিংফম থোক্তে, মরূপকী মতেং পাংবনি হায়রিবসি তোলমুগী অতোপ্পা শক্তম অমনি হায়গদৌরিব্রা। মহাক্কী

থম্মোয়দু মী ওইবনিনা মীনুংশি মচেৎ অমত্তংদি পক্লম্মী। তশেংনা হীংচাবমক ওইরম্লবদি মীনুংশি মচেৎ অমত্তসু পক্লমদবা য়াই। চাউবনা জেলদা লৈখিবদা মহাক্কী ককফম থোকপা পৈশা ককপা ফংলরোই হায়বগী বাফম করিসু লৈতে। চুম্নগী মীনুংশিগী বাফমথক্তনি।

# ১৩

— ঐদি নহানমখৈ খঙলুদ্রে, নহাক অসি অসুক্কী মতিক লমচৎ কাম্বা মীওই অমনি। নহাক্কা সনাতোম্বীবু কয়ারক হন্না মশা শোক্লবা মতুঙদা পেন্দদুনা বাজার মনুঙদফাওবা মশা শোক্লনবা হোৎনরুরিবা। ঐ নঙবু তশেংনা তুকচ্চরে। নহাক্কা লৈমিন্নবদা ঐগী পূক্লিংসি পোথাফম শুকখঙ খঙলরোই।

মেম্মীদু মপুরোয়ববু থাদোক্লমদুনা মপামদা চৎখিরম্মী। মহৌশা মেম্মীনা মপামদা চৎকে হায়দুনা কয়ারক হোৎনখিবা তাঞ্জাশিংদা চাউবনা মখুৎ পায়দুনা খামখি। থেম নৌদুনা চত্তনবা কয়া হায়খি। থেম্বদা য়ারক্লবদি ফূদুনা কিহনবফাওবা য়াওখি। মহাক্কী অদুগুম্বা মতৌশিংদুদা মেম্মী শাওরম্বদগী নোক্লিংলকপা ফাওখিদুনা ফাক-ফাক নোকথোকখিদুনা ফাগি ওনখিবনা কোঙ্গায়নি। ঙসিদি কদাই মেম্মীনা চৎলগে হায়দুনা য়ুমদুদগী খোঙ থাংদোকখিবদা চাউবদু লোম্থোক্তবা নুংগী মুর্ত্তিগুম লেপ্তনা অসুম্মক লৈহৌরম্মী। মচান্দগী করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তসু কাংথোরক্লমদে।

— ঐগী নুপীনা ঐবু থাজদ্রে। ঐবু থাজৌ হায়দুনা থেম্বা ঙম্বগী থৌনাসু লৈত্রে। থেম্বসু পামদ্রে, থেমনিংদ্রে। ঐবু ওক্তবা, লমচৎ কাম্বা মী ওইনা উহল্লিবা মহাক্কা পুন্নমক অসি থোকহনবনি। পুন্নমকসি সনাতোম্বীদা তাইনফম থোকই।

ৱাখল অসি খল্লদুনা চাউবদু সনাতোম্বী উন্নবা চৎখিরম্মী। সনাতোম্বীগী মনাক্তা য়ৌরকই। অকন্নবা খোল থাগে হায়দুনা লাকপনি। খুবাক্লা মমায়দা থাগে হায়নফাওবা খন্দুনা লাকপনি। উন্নরবা মতমদা সনাতোম্বীগী হৈ শিংলবা মীনোক অমতংনা অশাওবা খুদিংমক্তুগী মহূ ময়াই চমহনখিরম্মী। চাউবগী চীনবালদগী অশাওবা ৱাহৈ অমত্তসু থোরকউ হায়বা য়াখিদ্রে।

— ঐনা লানবা ঙাক্তনিসে। কান্নদে হিদাক্তুম থকউ।

সনাতোম্বীনা হিদাক লিক্লি অচেপ্পী অমা পুথোরক্তুনা চাউবগী মমাঙদা দক লাউনা খিল্লে। ময়ুমদনি। কনাসু লৈতে কাদুদা।

— য়েরুল্লা করিনো খরা ঙৌরক্লখিগে। ফম্বীরম্মু।

হিদাক গ্লাস অমা চিংশিল্লগা চাউবনা খল্লকই।

— "মসিগী মীশুম হৈবী নুপীসিনা চৎলিবা শাজৎ অসি করিনো? মহাক অসি ওক্তবী অমরা? বাজারদা থোরক্তুনা য়ু য়োল্লবা নুপী অমা ওইরবা হায়বসি অরায়বদি ওইররোই। মহাক্কী য়ুয়োনফমদা শানৈ য়ুনৈবা লাক্লিবা নুপাশিং অদুদা মহাক্কা মীশুম লাইরা কয়া কামশিল্লমগনি। নত্ত লীচৎ চৎলমগনি। মহাক্কা য়ুয়োনফম ফল্লিবা গলি অদুদা অতৈ য়ুয়োনফম কয়া অমসু লৈরিবনি। হায়রিবা য়ুয়োনফমশিংদু নুপীনা ফম্বা ঙাক্তনি। অদুবু অয়াম্বা মতমদা অতৈ য়ুয়োনফমশিংদি ইহাঙ হাঙলগা মহাক্কী সিদনা কৃক কৃক ইন্নে। মহাক্কী মীশুম হৈবা এঙকপা মগুণ অমা লৈবনা নুপা নহা কয়ানা ঙাইহাক লৈতনা লাক্তুনা য়ু থক্ল-রিবনি। নোংমা নোংমগী মহাক্কী কষ্টমর মশিং হেঙ্গৎলকই। মীনৌ অমা মহাক্কীদবু লাকখ্রবদি মতুংদা অমুকহন্না লাক্তনিঙাই রা লৈতে। মহাক্কী মশক্তুনরা, রাঙাঙ রাতানরা নৎত্রগা মহাক্কী য়ুগী মহাওনরা, মহাক্কী মীশুম হৈবা গুণ শোয়দনা লৈরে। তৌবদি গলি অদুদা ফল্লিবা নুপীশিং অদুদগী সনাতোম্বীনা খ্বাইদগী নহা ওই অমসুং খ্বাইদগী শক ফজে। নুপা নহাশিং অদুনা মহাক্কী শওং শদা অমদি শকফমদা ঙাওজদুনা লাকপা ওইরম্বসু য়াই। করিগীনো মৈতৈ নুপীনা য়ু য়োনবগী মশিং অসি নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলক্লিবা? অমরোমদনা নিশা বন্দ, মৈরা পায়বীগী লূপ লৈকাই খুদিংগী লীংখৎলক্লি, নিশা থিংবগী খোঙজং চঙশিল্লক্লি। মখোয়গী খোঙজংশিং পুকচেল শেংনা চংশিন্নদবনরা য়ুয়োনফম মশিং অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লিবা অদুগা নুপীনা য়ু য়োনবগী চাংসু রাংখৎলক্লিবসি। য়ু শুংফম অমসুং য়োনফম মরাঙ কায়বসি ভারতকী মনুঙদা ইম্ফালনা খ্বাইদগী রাংলমগনি খল্লি। ইম্ফাল সহরদা পাউনা বাজারখক্তদা মৈতৈ মৌনহা, লৈশাবী, মতৈ মনাও, লুখ্রাবীনচিংবশিংনা তোঙান তোঙান হাংনরিবা য়ু য়োনফম কুনগী মথক্তা লৈ। মসিগী মথক্তা কবুই খুল অমা লৈরিবসিদা পাক্তক্লনা য়োল্লি হায়বা য়াই।

মপাল কাঙজৈবুং মনীং পরেং, ফ্রেণ্ডস টোকিজ নাকলগী গলি, রূপমহল টেঙ্ক কোল্লুপ মনুঙ, মেজর খুল কোল্লুপ, অৱাং বি ও সিদগী পাক্তরুনা হৌরগা পন্দোন কবুই খুল অমদি খুমন লম্পাক বস পার্কিংদগী মথং মথং শঙাকফম মনাক্কী পাউমৈ কোলোনি ফাওবা কোনুং মমাংগী অন্দ্রো পার্কিং, ন্যু চেক্কোনগী মফম কয়া, কোনুং মনাক্কী মহাবলি কবুই খুল পাক্তরুনা, অদুদগী মোইরাংখোমদা কবুই খুল অমদি মৈতৈশিংগী মথংদা কৈসামথোং কবুই খুল হায়রিবা মফমশিং অসিদা য়ু য়োনবগী থবক চখরি। মসিনসু লোইদ্রি থাংমৈবন্দ মনুংগী মুচি খুল অদুদগী লম্ফেল সনা কৈথেল, মথঙদা লাঙ্গোল অদুদগী সগোলবন্দ মনুংগী রামজি লোয়ননা কাকৈথেল মনাক্কী সঙাইপ্রৌদা য়ু য়োল্লি। য়ু য়োনফম অমদি শুংফমমক্তনা থল্লে ইম্ফাল সহর। ড্রাই ষ্টেট অমনি হায়না মণিপুর সরকারনা লাওথোকখিবগী ফল অদু অসিরা?

য়ু থকপা ফাবা লাকপা পুলিসশিংনা য়ুয়োনফম কয়াদা চঙ চঙদুনা য়ু থকপশিং পুথোরক্তুনা পুলিস গাড়ীদা কাখৎহনখি। সনাতোম্বীগী হোটৈলদগীদি নোংমতা য়ুথকপা অমত্তা পুথোকপা থেংনখিদ্রি। থেংনখি নোংমা, ঐ ইশামক মহাক্কী য়ুয়োনফমদা ফমদুনা থক্লিঙৈ মতমদুদনি। পুলিসমেন অনী অহুম চঙলক্তুনা অথকপশিংদু (ঐ য়াওনা) ওফিসতা য়ৌদবা য়াদ্রে হৌগৎলু হায়রকখি। মতমদুদা সনাতোম্বীনা পুলিস মকোক (ওফিসার) অদুগী খুদাং অমদি পাম্বোমদা পায়দুনা হকচাং হকচাং তপ নপশিন্নবমখৈ চঙশিন্দুনা নাকোংদা করি করিনো খরা তুমিন্না হায়খি, পৈশা খরসু ফুরিৎখাওদা নমশিনখি। মদুদদি পুলিস ওফিসার অদুনা ঈঙ্গিৎ তৌরম্লগা মখা থাবা পুলিসশিং অদু তুমিন্না ফৎ ফৎ চৎনখি। ঐহাক অহিংদুমদি লোক অপতা শোয়দনা লৈবা তারে খন্দুনা নুংশা থীরম্লবনি। অদুবু হৈশিংলবী সনাতোম্বীগী পাইরক্কী লৌশিংনা পুলিসশিং অদু শুক্মাৎতুনা থাদোকখিবদগী খুদোংথীগদবদুদগী নাম্ছোকখি। অতৈ থংনবদা ফম্লিবা য়ুয়োনফমশিংদগীদি লোইনা হোইদোক্তুনা পুথ্রবনি। অসিগুম্বা সনাতোম্বীগী হৈশিংলবা থৌরাং কয়া অসিনসু কষ্টমর কয়ানা মহাক্কীদা হাইজিন্নরকপনি।

কষ্টমর অমখক্তি ঐনা মশক মুম্না খঙই। মহাক মথন্তা নৎত্রগা মমান্নবা অনী অহুমগা লোয়ননা নুমিৎ খুদিংগী সনাতোম্বীগীদা য়ু থকপা লাকই। ঐসু নুমিৎ খুদিংগী মহাক্কীদা চঙলবনিনা হায়রিবা নুপাসি মশক খঙবনি। নুপাসি ৱা ঙাঙবদা চীংলেম্মী, তহা তহাদে। মশক্তু ইং তপ্পী, য়াম্না পুকচেল চাউবা মী মাল্লি। নুমিৎ

খুদিংগী মখোয় অনী অহুম থক্তি-চারিবদুগী পৈশা মহাক্কা হেক হেক পুথোক্কুনা পী। মখোয়গী মরক্তগী অমনা "ঐ তৌগে" হায়দুনা থকপা হেক লোইবগা পৈশা হান্না শৎ পুথোক্কুনা সনাতোম্বীদা পীশিল্লবসু সনাতোম্বীনা "কুমারদগী লৌগে" হায়দুনা নুপাদুদগী লৌ হায়বা য়াদে। নুপাদু কুমার কৌই হায়বসি মহাক্কা অসুম্না হায়রকপগী খঙহৌবনি।

সনাতোম্বী থোরকই, য়েরুম অঙৌবা প্লেট অমদা হাপ্তুনা পুথোরকই। চাউবনা হায।

— করিগীনো ঐগীদমক্তা য়েরুমকক্কা ঙৌদনকা তৌরুরিবদুবো? নঙগী কুমার হায়'দুগী খাকপীবা য়াদ্রা?

কুমারগী মমিং পল্লকপদা সনাতোম্বীদু খঙনোক নোকথোরকই, অদুগা হায়রকই।

— হায়না, তাদদি কুমারবু য়াম্না শাউবিরম্লিবজাং ওইরে। মহাক্কা শান্নরিবা ৱারীশিংদুদি দিল লেন্ননবা হায়দুনা পঙশা শান্নবনি। ঐগী কষ্টমরশিংগী মথ্বায় নুংঙাইহন্দবা য়াদবনি। পুম্নমক্তু ৱাথী ৱারেম্নি হায়না খন্দোকপীয়ুদা।

কুমারগা সনাতোম্বীগা শান্নখিবা ৱারীশিংদু চাউবনা নীংশিংলি।

— ঙরাং ঐগী কারদা কোয়রুসি হায়রগা কৈদৌরবা থোরক্লবদি? ঙাই খৈ ঙাইরগা অরেম্বদা তারেদো থোকপীরক্লবনিনা। মতুংদাদি শুকঙাই ঙাইজররোই, কোয়রুসি কাইদনা হায়বীরক্লগনু।

— হায়জররোই হায়জররোই। কোয়বকা অমত্তা শংবেত্রাং নংত্রে ইচা অমখক লৌরিবসি থাক্লবা তেংনবদা।

— কোয়বসি য়াদ্রেনে অদুদি?

— য়াদ্রে। নুংশিনবদি য়াই কোয়বদি য়াদে।

— "নুংশিনবদি য়াবা কোয়বদি য়াদবা" কুমারগা লাকমিন্নবা মায়াপোম্বা নুপাদুনা ৱাহৈশিংদু হঞ্জিন হঞ্জিন হায়দুনা হৌনা হৌনা নোক্লকখি। ফম্মিন্নরিবা মখোয়গী কাঙবুদু মথ্বায় নুংঙাইনা হৌনা হৌনা নোক্লকখি।

মখোয়গী মীনোকশিং অদুনা চাউবগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম থোকখি। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলমদনা ফুক হৌগৎতুনা খুদক্তা মফমদু থাদোক্তুনা লাকখি।

কুমার নহানি। সনাতোম্বীনা মঙোন্দগী চহী মঙা মুক হল্লমগনি। মহাক্কা লাকমিন্নবশিং অদুনদি সনাতোম্বীদা ইচে ইচে কৌই। কুমারসু মঙোন্দা ইচে কৌবা য়াবনি অদুবু কৌদে "সনা" কৌই। নোংমসু ৱারীদু চাউবনা তারুই।

— সনা, তারিববা নঙবু। চান-থক্লবা খরা পুথোরকউনে, ঐগী মরূপশিং লাকইয়ে।

— হো তাজরিয়ে শকহেনবা। করি করি থোংউ হায়রি'নো?

— উতিগা চগেমপোম্বগা থোংউ হায়খিবদাইনে। ঙরাঙদগী হায়নরমক্তদা। ঐখোয়গী ঐগ্যা ব্রাহ্মণ অমা য়াওরিবসে, মসিদি ঙা মনমকা তাবা য়াবজাৎ নত্তে। খাবৈকদু তিন্নরুনুকো।

— হো ঙরাং হায়বীরম্বদো খঙজেয়ে, কাউজদেয়ে। অদুদা মপোৎ মচৈদি লৈবীরক্কেদো।

মমান্নবা অমনা হায়রকই।

— মসিগী নুপাসিসু ৱাদি খঙমন্দেহে।

সনাতোম্বীনা অমুক

— হোয়নে করি নুপানো খঙদে। ৱা অসুক য়ম্না খঙদবসিদি। য়ূমদা করিমত্তা লৈহৌদে খঙলবদি মশানা খঙনা লৈরক্কদবনিনে।

"শান্নরিবা ৱারীশিং অদু ফংগীদি তাগনি হায়ববু ৱাদি অা য়ৌনরেসে" চাউবনা খল্লি। হাটেল অদুদা লৈবির্বসি শা অনিখক্তনি। চাউবনা থংনবা কাদা ফম্লিঙৈদা মখোয়গী ৱারীশিংদু তাবনি। সনাতোম্বী চঙলকপা তাঞ্জা অমদা চাউবদু ফুক হৌগৎলি।

— নখোয়গী ৱারীশিংসিদি ঐখোয় তাবকা য়াবজাৎ নৎত্রেদা। চৎচরগে ইবেম্মা।

— হায়মা ফমখো-ও। করি নুপানোনেহে।

নুমিত্তুমসু চাউবদু প্রপ প্রপ থোরকখি। করিগীনো সনাতোম্বীগা অতোপ্পা নুপা অমগা কেথনরম্লগা চাউবগী থম্মোয়না লৈতাফম খঙদ্রিবা? করিগী পুক্লিংদু খোইশাওনরিবা? নহানমখৈ অসিগুম্বা ৱারী অমত্তা তাদ্রিঙৈ মতমদুদদি চাউবগী

থম্মোয়সি করিসু মথুম মরাং হৌরমদে। ইং তপ্লবা মোং হাদ্রবা পাৎকী ঈশিংগুম্লম্মী। করিগীনো ঙসিদি অদুগুম্বা ইং তপ্লবা ঈশিং অদুনা সমুদ্রগী তমথীরবা ইরাওখোল ওল্লদুনা চাউবগী থম্মোয়দা বোম বোম য়ৈররিবা?

শাউনিংলগা য়ুদা তাইনৈ হায়'দুনি। চাউবা মাঙদা খিল্লিবা য়ুগী গিলাসতু অমুক্কী খুৎচিংদা গুৎ লাওনা থকচিনখিরম্মী। তাঞ্জাদুদা সনাতোম্বীদু য়েরুম অঙৌবা পুথোক্লুনা থোরক্লম্মী। সনাতোম্বী মীগী পূক্লিং য়াম্না খঙগনবী নুপীনি। চাউবগী মায়থোঙদু উবদা খঙলে, য়াম্না শাউনিংবা শকফম চেল্লে। হায়রকই

— তাদা কৈদৌরে। ইশাউ শাউনিংনা উরবদি।

— শাউদদি কৈনো? শাউনিংববু কনানা ফাবা ঙম্বগে? শাউনিংনবগী থবক্তি নঙনা তৌখিবনি।

— ঐনা করি তৌখ্রবা?

— কুমার হায়বা হেঙো হেঙো লাওবা নুপাদুগা নঙগী হোটেলদা চৎলিবা শাজৎ লীচৎতুবু করিনো? নখোয়না শান্নরিবা ৱারীশিংদু মীনা তাবা য়াববু অমত্তা য়াওদ্রে।

সনাতোম্বীদু হৌনা নোকথোরক্লে। অদুগা হায়রকই।

— ৱারী ৱাতায় শান্নবদা পঙঙাং ঙাঙনবনিদা। খুৎ য়াওবদি অমুক্তা থেংনরম্লোই। মতুংদসু থক থেংনরোই।

অকনবা ঈথক ঈরৈনা চাউবগী থম্মোযদা ৱা ৱা নিল্লম্বদু তপ্লা তপ্লা ঈংথরক্লম্মী। ফোং ফোং শারবা য়েরুমদু তপ্লা চাবা হৌরম্মী।

# ১৪

সনাতোম্বীগী করম্বা রিপোর্টতা চাউবনা জেল য়ৌখিবনো হায়বদু অমুক্তং খঙদোক্নবা হোৎনগনি হায়বসি চাউবগী অচেৎপা ৱাখলগী ফিরেপনি। নোংমদি খুদোংচাবদু ফংলম্মী। পুলিসকী থবক তৌবা মরুপ অমখক্না মহাক্কী মতেং পাংবীদুনা পুলিস ষ্টেসন্দা ইনভেষ্টিগেসন তৌখিবগী রেকোর্দ অদু য়েংহল্লম্মী। সনাতোম্বীনা পুলিসকী ইনক্কারী সেলদা লীখিবা ৱারীশিংগী রেকোর্দ অদু চাউবনা লোন্না পাথোকল্লুরে। চাউবনা সনাতোম্বীদু কয়ারক হন্না ইজ্জৎ মাঙহন্নবা হোৎনৈ, কয়ারক ইজ্জৎ মাঙহনখ্রে হায়বগী ৱারী য়াওরি।

— অসুক চাউবা নমথাক। মহাক্কী রিপোর্ট অসি চুম্মী নৎত্রগা চুমদে হায়বগী প্রমান লৈখ্রবরা? পুলিসশিংনা য়ুম্ফম য়াওদবা রিপোর্ট অদু অচুম্বনি হায়দুনা লৌখ্রবরা?

সনাতোম্বীগা ৱাফম অসিগী মতাঙদা অমুক্তং ৱারী শান্নবা চুম্মী খন্দুনা লাকই। নুমিৎ অদু চাউবগী মায়থোংদু মোং হাদে। সনাতোম্বীগী ময়ুমদনি মহাক্না লাক্লিবসি। মহাক্কী রেগুলর কষ্টমরশিংগী মরক্তা চাউবসু অমা ওইবনিন্না মহৌশাগুম হায়নরুবা তৌদনা হীদাক লিক্লি অচেপ্পী অমা পুথোক্তুনা মমাঙদা থিন্নে।

— সনাতোম্বী, ঐ হিদাক থকপা লাকপা নত্তে। মসি পুশিনখ্রো।

নুমিৎ অদু খংনীং নীংশিংলকই। পাউনা বাজারগী য়ুয়োনশঙদুদা মহাক্না হীদাক লিক্লি অমদি গিলাস থুগায়খিবদু অদুগা সনাতোম্বীগী মখৌরী মেৎকে তৌখিবদু। চাউবগী মায়থোঙ য়েংলগা মগুণ চপ চানা খঙলবী সনাতোম্বীনা পম্বা তৌদনা য়ু লিক্লিদু শৎ পুশিনখি। অমুক থোরক্লগা মুরা অমদা তপ্না ফমথরকই।

— সনাতোম্বী, তোলমুনা ঐগী তলবতগী ককখিবা শেনফম অসি লুপা লিশিং ৪৫ শুখ্রে। লিশিং ৪৫ সিদা শেলেপ অমত্তা য়াওবা নত্তে, মথোয়মক্তনি। নহাক্না ঐঙোন্দা পীখৎলকখিবদি কয়া শুখ্রে।

— লুপা লিশিং নিপালগা চামঙা শুখ্রে।

চাউবদু পুমঙক ঙকই। সনাতোম্বীনা হায়রক্কনি খল্লম্বসি লুপা লিশিং কুষ্মামুক শিংগৎখ্রে, নিফু শুখ্রে, তরাদা ঙাইরে বাৎলিবা অসিনচিংবা কয়া কয়া ব্রং ব্রং মচিন্দুদগী খপথরক্কনি। অদুবু থাজবগী বাংমদা লেপ্তুনা সনাতোম্বীনা মহাক্না শিংগৎলকখিবা শেনফমদু চপ চানা হায়রকপদুদা চাউবদু ঙকপনা থল্লম্মী।

— অতৈ লায়রি। ঐনা জেলদা চঙলুবা হাকতক্তুদা নহাক্না করম্বা শক্তম লৌখি? পুলিসতা নহাক্না করি করি পাউদম তম্লুই?

— ঐনা পুলিসতা নৎত নত্তবা পাউদম কয়া তমশিল্লুই। মদু পুম্নমক্তু ঐনা লানখিবমক্তনি। ঐহাক পৈশা চীনমন্দুনা মাথা য়াম্না শাখি। তাদনা জেলদা লৈখ্রবদি পৈশা থৌবা লাক্লরোই. ঐহাক ইংনা পৈশা তানবা য়ারগনি খল্লুবগী ঐনা থৌদোক অদু থোকহনখিবনি।

সনাতোম্বীদু মপী ঈরা চেল্লকই। মমিত্তগী মপী চেহ্বরক্কনবা লৈজবী পাঙ্গল পুখোক্তুনা হোৎনরম্মী। হোৎনবা পুম্বদু অরেম্বা তাহন্দুনা থিংঙমদ্রবা পীরাংগী মরিকশিংনা মায় পাক্লে. সনাতোম্বীগী পাঙ্গলবু মায়থীবা পীবা ঙম্লে হায়বগী নাপলগা লোয়ননা মহাক্কী ওথোৎ ওথোৎলবী খজাই অদুদা মরী মরী চেহ্বরক্লম্মী। মায়থীবদু মাঙদুনা সনাতোম্বীনা মমায় লুকথখিদুনা ফিজিনা পীরাংশিংদু তৈথোক্লম্মী।

— তাদা, তোলমুদু হোরেন নুমিদাং ঐগীদা অমুক্তা লাকহনবীয়ু। তাদদি য়াওবীরক্কনু।

চাউবদু চঙক্লে। "নুমিদাংদা তোলমুগা উন্নবা। ঐসু য়াওরকপা য়াদবা। করম্বা অরোনবা বারী শান্নগদৌরিবা" মথন্তা তুমিন্না খল্লি।

— পূং কয়াদনো?

— পূং তরেৎতা। ঙসিদি নুমিৎ হেক তাবগা ঐগী হোটেলদু থোঙ লোনগনি। নুমিদাং হেক ওইবগা ঐ য়ুমদা লৈগনি।

# ১৫

মেমীনা মপামদা লৈখ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা সরকারগী থবক অমা ফংলম্মী। ওফিসকী ক্লার্ক ওইনা থবক পুবা হৌরম্মী। মহাক্কী পুন্সিগী অনৌবা লমায় অমা হাংদোরকখি। মপানা মহাক্কীদমক্তা ইঞ্জিন পানবী গাড়ী মচা অমা লৈবীরম্মী। গাড়ী অহনবদু তোংদুনা মশা য়াম্না নাম্না নুমিৎ খুদিংগী নিউ সেক্রেটরিয়েটকী বিলদিংদা ওফিস কাবা চৎলম্মী। মহাক্কী পুন্সিসি রারিবরা নুংঙাইরিবরা হায়বদু মহাক্কী মায়খোঙদগী খঙগনি। মহাক্কী মায়খোঙদু য়েংবদা অরাবগী মমি মচেৎ অমত্তা তারমদে।

— মেমী নহাক্কী নশকসি নোংমা নোংমগী ফজবা অসুম হেঙ্গৎলক্লিবসি য়ুমদা করি চায়?

মখোয়গী ওফিস্তা থবক তৌমিন্নবা বীরেন্না লক্লবা ওই করিওই হায়খি। মীবু ফজে হায়না থাগৎলকপদা হরাওরোইদবা কনাসু লৈতে। নুপীওইবীশিংগী মফমদি হরাওবগী চাং অমুক হেল্লি। নুপীদা খঙনবা হৌজিনগে হায়রবদি ফজে হায়দুনা হান্না থাগৎপীয়ু হায়নরিবনি। রাহৈ খরদুনা মেমীগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী নুংথংনা হঞ্জিন হঞ্জিন থোমজিল্লকপগুম তৌরম্মী। ময়ুমদা হল্লক্তুনা লৈরবা মতম, পোত্থারিঙৈ তাঞ্জা, চাক চারিঙৈ অমদি তুম্লমদাইগী মতমদা রাহৈ খরদু হঞ্জিন হঞ্জিন মহাক্কী নাকোংদা তারক্লম্মী। বীরেন কনানো মহাক্কা চপ চানা খঙদে। মহাক মশক ফজে, মশা মউ ফৈ, ফিজ্রেৎ নাল্লি। মমিৎ অদুদি ঈরাং থাংই। রা য়াম্না ঙাওগল্লি। নুপী নহাগা য়াম্না তিন্নবা পামজবা মীওই ওইনা তৌই।

নুমিৎ খুদিংগী থবক শংবা তাঞ্জাদা বীরেন্না মহাক্কী মনাক্তা হেক হেক লাক্লুনা ফম্লে। রারী কয়া লীরে। মখল মখলগী রারীনি শান্নরিবা। কান্টিন্দা ফমদুনা মখোয়

অনীতা চীক্লা য়ারী কয়া কয়া শান্নে। নুমিৎ খুদিংগী বীরেন্না চা কৌই, মখোয়'নী থকমিন্নে। মহাক্কী থম্মোয়সু বীরেনগী মনাক্তা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম নকশিনখিদুনা মখোয়'নী অমত্তা ওইবগুম তৌবম্মী।

নোংমদি বীরেন্না হৌদোরকই।

— সিনেমা য়েংসিদনা, হয়েংদি নোংমাইজিংনি।

মেমীদু ঙাইহাক খঙ্গানে।

— য়ানিংদ্রবরো? য়ানিংদ্রবসু করিসু কায়দেদা, ছুটিনি হায়দুনা তৌবনি।

— "হোয়দা, য়েংসুঙাইদা, নোংফাদোকপু ..." মেমীনা শৎ হায়দোকখি।

মেমীনা য়াহৈশিংসি হায়গে হায়দুনা খল্লম্বা নত্তে। মশা মথন্ত মাগী চীন্‌বান্দগী থোকচরকপনি। মযুম য়ৌরক্লবা মতমদতা ভাব তারকই, মহাক্না হায়দোকখিবদু জ্ঞান তানা হায়দোকখিবা নত্তে। মহাক্না খম্থরকই।

— ঐবু লৈশাবীরা?

অদুগুম হায়নবিগা মতুংইন্না সিনেমা য়েংবদু চৎলম্মী বীরেন অমদি মেমী অনুমা তৎখ-থানবা য়াররোইদবা মরী অমা লৈবগুম অমনা অমদগী নাইত্রাকপা ওন্নরমদে। অমনা হায়বা [illegible] ককপা ওন্নরমদে।

# ১৬

য়ুয়োনবী অমনা মহাকপু নুমিদাংগী পুং ৭.০০ তা লাকউ হায়রক্লিবসি করি মরমগীনো খনবদা তোলমদু চঙক্করম্মী। তোলমু য়ু থক্তে অদুম ওইনমক নুপীদা থরায় য়াম্না য়াওজবা নুপা অমনি। মৌনহা অমনা মহাকপু উন্নসি হায়রকপসিদা মপূক্লিং ইনৌ নৌথোকচরম্মী। নুমিদাংঙাইরম ওইশিল্লকপা মতমদু মহাক অসুক্কী মতিক কেরম্মী, থাও মনম নুংশিবদু নীংথিনা তৈরম্মী লোয়নননা মনম নুংশিরবা থাওকাপসিং মহাক্কী ফি-রোলশিং অদুদা কাপশিল্লম্মী।

ঙানা ঙাইজবা পুংজাদু য়ৌশিল্লক্কদৌরে। চাউবগা চৎমিন্নরগা চাউবনা মপান্দা লৈহৌবা অদুগা তোলমুনা ইমুঙদা চঙবা হায়না হান্ননা খবক শীন্দোক্লম্লবনি। অমম্বনা তাইবঙপাল অসি য়োৎশিনখ্রবসু মফম মফম খুদিংমক্কগী থানগৎনরকপা ইলেকত্রিক্কী মৈঙালনা অমম্ববু থাপ্লা তাম্থোক্লদনগী হোৎনরি। অসিগুম্বা মতমসিদা তোলমুগী কারদা তোংদুনা চাউবদু লাকই। মথাক্তা মপান্দা মী য়েংদুনা লৈগনি অদুগা তোলমুনা ইমুংদা অমোৎপা লীলা শান্নগনি হায়না শীন্দোক্লরবনি। পুং ৭ চপ চানা তাবা মতমদুদা সনাতোম্বীগী থোঙ্গালদা কার অদু থাম্লরে। চাউবা কার মনুঙদা তুমিন্না ফমদুনা লৈহৌরে অদুগা তোলমু থোঙ্গাল মনুঙদা চঙশিনখ্রে।

করি করম্বা অরোনবা ঙারী শান্নগদৌরিবনো হায়বগী খঙনিংবা অমদি লাঙতক্লম্বগী লীচিংনা অসুম অসুম চীংশিনখিদুনা চাউবদু সনাতোম্বীহোয়গী য়েনখা য়ৌশিনখিদুনা থোঙনাউ ময়াদা লেপ্লরে। মখোয়গী য়ুমদা শম্লিবা ইলেকত্রিক্কী লাইন অদুমদি মৈ লাক্লমদে, চাউবনা অসুম্না লুমদুনা ঙারী তাগনি হায়বসি ইলেকত্রিক্কী মৈনা খঙলদুনবু তৌরিবরা। য়ুমদুগী অকোয়বদু ইমম মম্মী। অমম্বা মরক্কুদা চাউবনা

তূমিন্না লেপ্তুনা ৱারী তারি। কাঙনা মশা পুম্বা য়োন্নবনি অদুবু খজিক খরাক্তসু লেঙ ওৎপা তৌরমদে, শ্বর পীক্লা হোল্লম্মী। মহাক্না তৌরিবা মওঙদু কনাগুম্বনা থেংনরবদি হূরানবা চঙলে হায়দুনা ফারোইদবগী মগম লৈতে। তীন কাঙনা চীক্কনি হায়বগী নুংশা থীবা অমদি অকিবগী ৱাখল মঙোন্দা ফাওরমদে। মরক মরক্তা মশাগী মায় অমদি খূদাংদা নাম্থরকপদা য়োল্লখ্বা কাঙশিং ঙরং ঙরং ঙংলদুনা পাইথোকখি। কাঙশিংগীদি হরাওজবা ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অমুক পাইথোক্কনি অমুক পাইশিনগনি, ঈ পেন্না চুপথোক্কনি। কাঙ চাম্মা চাম্মনা ঈশৈ ঙংলে ঙংলদুনা চাউবগী অকোয়বদা কোয়না পাইরি।

— "করিগীনো নঙনা ঐবু ঙসি ৱারী শান্নসি হায়দুনা কৌরিবা? চাক চামিন্নসি হায়বরা নৎত্রগা ...?" তোলমুনা হংলম্মী, মীকাবগী শ্বরহোন হোল্লদুনা, কেথ নৌথবা খোঞ্জেলনা।

— ঐনা ঙসি তা তোলমুবু কৌরিবসি করিগী ওইরমগনি হায়না খনবীবগে?

— ঐনা খল্লি, নহাক্কী মমল য়াল্লবা ইন্দ্রিগী পোৎ অদু ঐঙোন্দা খুদোল তৌগে হায়না। চুমদ্রবরনে?

সনাতোম্বীদু তোলমুগী ৱাহৈশিংদু তাবদা খংশাউ শাউরকই।

— নত্তে, মদুগী শুকনৎ নত্তে। নহাক্না ঐ অসিবু করি ওইনা খল্লি। ঐ য়ুয়োনবীনি চুম্মি। বাজারদা থোক্তুনা য়ু য়োল্লবা নুপী অমনি। অদুবু ঐ ওক্তবী নত্তে। নঙনা ঐবু লমচৎ শেরান্নবী নুপী অমা ওইনা উরুবরা?

ঙাঙনবিবা ৱাফমশিংসি চাউবনা মপান্দগী লোইনমক তারম্মী।

— ঐনা তা তোলমুবু কৌরিবসি, তা তোলমুদগী তা চাউবনা ঐগীদমক্তা পুবীরকপা শেনফম লুপা লিশিং য়াঙ্খে অদু শিংদোক্কে হায়দুনা কৌরিবনি। মমাঙদা ঐনা শিংগৎখিবা শেনফম খরদু শেন্দোয় ওইখ্রসনু। তাচাউবগী তলবতগী লুপা লিশিং মঙা মঙা থা খূদিংগী ককপদুসু ককপীরুরগনু।

চাউবনা মীহুৎথোংদা খল্লিবা ফিদু খজিক্তং কাঙখত্তুনা লোন্না য়েংশিনখিবদা উবা ফংলম্মী সনাতোম্বীনা লুপা চাম্মঙাচৎপী চবুন অমা পুথোরক্তুনা মশীং থীরগা তোলমুদা পীশিনখিবদু। তোলমুনসু মশীং থীদুনা য়েংই, চুম্মে লুপা লিশিং য়াঙ্খে শুরে হায়না ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

— রিসিপ্ট অমতং ইবীরম্মু।

চে কলম পুথোরকই। তোলমুদা পীশিল্লি। তোলমুনা পৈশা ফংলে হায়বগী মরোল ইরগা সনাতোম্বীদা পীশিনখ্রে।

মখাদি করি তৌখ্রবনো খঙদ্রে। চাউবদু খূদক্তা মফমদুদগী থোঙাল্লোমদা থোরক্কুনা তোলমুগী কার মনুংদা ফম্লরে। হৌজিক্তদা মহাক্কী মশাদা মশিং থীঙমদবা কাঙশিং চিকথিবগী চৈনাখোল ফাওরক্লম্মী। মমায়দা অমদি মখূত্তা নান্দুনা য়েংলুবদা মতিং মতিং পোম্লম্মী। ময়াম অদু বঙ বঙ শাগৎলম্মী। ঙাইহাক নৈরগা তোলমু থোরক্কুনা খাম্লিবা কার অদুদা চঙশিল্লক্লম্মী।

— ভাই, ঙসাইমখৈ ঙাইবদা পারম্লগনি। অস্বাইদা করিনো ভাইনা পাম্বা পোৎ অমা চারুরসি।

কার অদু অসুম থৌরক্কুনা কৈশামথোং কবুই খুলদা থৌজিল্লক্লগা য়ুয়োনফম অমগী মপাদা থাম্লরে।

— ঐদি য়ু থক্তবনিনা চাবদংদি য়াওরগে।

অসি হায়দুনা তোলমুনা চাউবগীদমক হীদাক লিক্লি চম্থায় অমা কৌরম্মী। চাননবা য়েঙ্গাং অমদি ওকশা অঙৌবা অতাওবা কৌরম্মী।

— করি ৰারী শান্নরকপা? .. করি থবক চথরকপা?

চাউবনা খঙশিন্নদবা শাদুনা হংলম্মী।

— অতৈ করিমগুগী ওইরমদ্রে ভাই। ঐগোন্দগী পুখিবা শেনফমদু শিংদোক্কে হায়দুনা কৌবা ওইরম্লে।

— অদুক য়াম্বা শেনফমদু অমুক্তদা পীথোরক্লবরা?

— হোয় লোয়নমক শিংদোরক্কে।

চাউবনা তুমিন্না খল্লি, "মহাক্কি কদায়দগী অসুক য়াম্বা শেনফমসি তাল্লুরবা, অঙকপনি সনাতোম্বীগী থৌনা, য়ু য়োনবগী শেনফম তুংশিল্লগা শাগৎলক্লিবা লুপা লিশিং য়াঙ্খেরা নৎত্রগা করম্না কদায়দগী?" করম্না তাল্লমগনি খনবদা লাম্বা ফংলমদে।

নুমিদাংগী পুং ৯ তারক্লে। বারী শান্ন-শান্ন থরুকপা য়ুদু লোইশিনখ্রে। চৎলসি হায়দুনা তৌরকপদুমক্তদনি চাউবগী মশাদু খংইগু ইগুশিল্লক্তুনা থক থক নীক্রম্মী।

— কৈদৌরে ভাই?

তোলমুনা চাউবগী মশা পায়দুনা য়েংই। অরুম লাইহৌ তৌবগী খূদম ফংলম্মী। "য়ুমদা নীংথিনা পোখোরুনবা তৌসি" হায়দুনা চাউবদু তোলমুগী কারনা ময়ুমগী থোঙ্গালফাওবা থিনবীরক্লে। মখুৎ সমদুনা মাঙ্গোলফাওবা থীনজিনবীরম্লগা তোলমু ময়ুম মায়কৈ পাংখ্রে।

## ১৭

— "মেমী, নহাক্কা চাউবগা খায়নরকপগী চে ইনখিবরা ?" বীরেনগী ৱাহংনি।

— ইনখিদে।

— অদুদি নখোয় 'নি অমুক হঞ্জিন্নবগী ফীবমদা লৈনরিদনা। হঞ্জিন্নগে খল্লিবা নৎত্রো ?

— হঞ্জিন্নররোই। মহাক্কা অমুক হঞ্জিন্নবা পামদ্রে।

— অদুদি করিগী চে ইনদ্রিবা ?

— ইবা নৎত্রগা ইনদবা মদুগী খেন্নবা ঐঙোন্দা লৈতে। ইনরবসু কায়দে, ইনদ্রবসু য়াই। ঐগীদি পূক্নিংনা লেপখিবদুনা অরেপ্পনি। মহাক্কা হঞ্জিন্নসি হায়দুনা ইনাক্তা লাক্তুনা হায়রবা তারবসু ঐনা য়াবগী ৱাফম লৈতে।

নুমিৎ অদু ওফিসকী কা অমদা বীরেন অমসুং মেমীতনি লৈরিবা। পূং ৪.৩০ মুক তারকপা মতমনি। পূং ৪.০০ গী অদুৱাইদা মখোয়গা ফম্মিন্নদুনা থবক শূমিন্নরম্বা ওফিসকী মীশিংদু লোইনা হন্নখ্রবনি। কনাসু লৈতবা অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা বীরেন্না কাইহৌরকই।

— চাউবগা হঞ্জিন্নবগী ৱাফম লৈত্রবনিনা ঐগা লৈমিন্নবা তাবনি নৎত্রা ?

থোৎলবী মেমীগী মখুৎতু পায়দুনা হায়খিবনি। মেমীনা ইকায়রপ মখুৎতু চীংশিন্নবা হোৎনরম্মী অদুবু বীরেনগী চেৎলবা খুৎপায়দগী নাহোকপা ঙমখিদ্রে। মখা তারকপা ফলদি করি ওইগনি। চীক্লবা কনাসু লৈত্রবা কা মনুংলোমদগী থোং

লোনশিনখ্রে। নুমিদাংবাই মল্লি মল্লি তৌরকপকান অদুবাইদা থোঙদু হাংদোক্লগা মখোয় অনী মোং হাদনা থোরকখি। ওফিসকী চৌকিদারনা মোমোন নোক্তুনা য়েংহৌই।

— ঙসিদি অনীসি থবক য়াম্না শূরবোইদা।

বীরেন্না হায়রম্মী।

— হোয়, তাদা ঙসিদি থবক য়াম্না লৈখ্রে।

মেমীদি মমায় লুকথদুনা করিসু হায়রমদনা তুমিন্না শোৎ শোৎ লাক্তুনা মহাক্কী গাড়ীদু ইম্ফোক্তুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলকখিরম্মী।

# ১৮

কাঙনা চীকপগী লায়নানা নাদুনা চাউবা ফনা কুইনা ফমুংদগী হৌগৎলমদে। লাইহৌ কুইনা হৌমনখিদুনা মশাদু অসুক্কী মতিক চোকথখিরম্মী। য়ুমদুদা মহাক মথন্তনি লৈরিবা। য়ুমগী থবক ইন্‌খাঙদা মতেং পাংননবা হায়দুনা নুপামচা অমতংদি থম্মী। নাউবা কৌই, কাছারদগীনি। মমা মপা অনীমক লৈত্রে, লমজানি। মহাক্কীনি হায়দনা কনাসু লৈতে, কনাসু লাক্তুনা মহাক্কী অনাবা হংলদে। নাউবনা মহাক্কীদি মরূপনি, মরী মতানি, পুন্নমক্নি।

সনাতোম্বীগী য়েনখাদা তুমিন্না লেপ্তুনা বারী তারুবগী ফলনি মহাক্না অসুক কন্না নারিবা। কাঙ ফত্তবনা চীকখ্রমাল্লে। নাউবগা লোয়ননা হোস্পিতালদা চত্তুনা ডাক্তরদা য়েংথোক্লুরবনি, ডাক্তরনা থারকপা হিদাক চারবনি অদুবু পাক হেক ফগৎলকপগী মওং উদে।

ফমুংদা হিপ্না হিপ্না চাউবনা খল্লি।

— করিগীনো ঐনা অদুক থবায় য়াওনা য়েনখাদা লুমদুনা বারী তারুরিবা। মীগী অরোনবা বারী কয়া কয়া লৈখ্রে। বারীশিং অদু ঐনা অহিং অহিংদা মীগী য়েনখাদা চৎ চৎতুনা তারুবা তারিব্রা? করিগীনো মী অতৈগী য়েনখাদদি চঙলুদ্রগা সনাতোম্বীগী য়েনখাদা হুরান্দুনা চঙলুরিবা। সনাতোম্বীবু ঐগী কনানো? মহাক্কী অরোনবা বারী, অরোনবা লীলা ঐনা অসুক য়াম্না য়েংনিংলুরিবা অদুগা তানিংলুরিবদি করিগী?

খল্লু খল্লুরগা চাউবদু মথন্তা অঙকপগী ঈপাকথক্তা ঈরোইরি, ঈরোইবা ঙম্লক্তবদগী ঈরাক্লরি। মহাক শ্বর হোনবা ঙম্লুদ্রে হায়বসি নাউবনা মহাক্কী মশা

নোমদুনা হন্না হন্না কৌরকপদগী ভাব তারকই। কনাগুম্বা অমনা অদুম্না তৌরমদ্রবদি, কা অদুদা মহাক মথন্তা লৈরম্বা তারবদি শোয়দনমক চাউবদু অশিবগী খয়াৎনুংদা তাখিদুনা অমুকহন্না লৌখৎপা য়াবগী ফীবম লৈরম্লোই।

# ১৯

চাউবা সনাতোম্বীগী য়ুয়োনশঙদা লাক্তবা ফনা কুইরক্লে। সনাতোম্বীদু অহানবদা করিসু খল্লমদে। চাউবনা কুইনা লাক্তবা অদুদদি পূক্নিংদা নুংঙাইতবা চিংনবা অমা ফাওরকই।

— করি মরমগীনো? নুমিৎ খুদিংগী লাক্লম্বা মহাক্না থা অনী অহুম অসি নোংমতা শক উৎলদ্রিবা? ঐনা নোংমা তোলমুগা নুমিদাং উন্নগে হায়না পাউ থাখিবা নুমিৎ অদুদগীনি মহাক্না লাক্ত্রিবসি। তোলমু অমসুং ঐ অরোনবা মরী লৈনরে হায়দুনা মহাক্না খনখ্রবা জাৎলা? ঐহাক অসি নুপা কয়া কয়া নুমিদাং নুমিদাংদা য়ুমদা কৌদুনা নত্তবা লীচৎ চৎপী নুপী অমনি হায়না মহাক্না খনখ্রবরা?

লোয়নন্না নীংশিংলকখি। অদুঙৈ মপুরোয়বগী শ্রাদ্ধ মতুং নুমিৎ নীনি শুবদা চাউবনা মহাক্কী য়ুমদা লুপা লিশিং য়াঙ্খে পুথোরক্লো তোলমুগী পৈশা শিংখ্রসি হায়বা লাকখিবদু, মতমদুদা মহাক্না উৎখিবা শক্লোন। চাউবগী মখুৎ পায়দুনা চা থক্লখো হায়দুনা চিংশিল্লুবা, মহাক্কী তথোৎ তথোৎলবী হকচাংনা চেকশিন খোমজিনবগী মতৌ অমত্তা লৈতবমখৈ চাউবগী থবাক্তা থেংজল্লুবা। চাউবনা মহাকপু য়াম্না ইরাং থাংবী নুপী অমা ওইনা উরমগদবা মওংশিংদু নীংশিংলুবদা সনাতোম্বী হৌজিকসিদা খঙহৌদনা য়াম্না কন্না ইকাইবা ফাওরক্লম্মী। মমায় ঙাংশং ঙাংশল্লম্মী। মথন্ত মমায় লুকথদুনা খাঙলম্মী। করি মরমগীদমক মেমী অমসুং চাউবা কায়নখিবনো হায়বদুসু সনাতোম্বীনা খঙদবা নত্তে। অদুবু মহাক লানখিদে, চাউবসু লানখিদে। চাউবা অমদি মহাক নত্তবা লীচৎ অমত্তা চত্থবা লৈখিদে। মহাক্না অরানবা চার্জ তৌদুনা অমুকখক চাউববু মীয়াম চঙদুনা ফ্গায়হনখিবা অমদি পুলিসনা

ফাহনখিবগী থৌদোক্তু হঞ্জিন হঞ্জিন ঙসিদি সনাতোম্বীগী ৱাখলনা নীংশিংলক্লে। ফিস্ম কাপথোকপগুম থৌদোকশিংদু মহাক্কী মীৎমাংদা শংশংনা উরক্লম্মী। সনাতোম্বী পোখাফম খঙদে হৌগত্তুনা কোইচৎ চৎলি। খল্লি।

— ঐগী মরমগীদমক তাচাউবগী ইমুং কায়খ্রে, মতৈ মনাও খাইনখ্রে। মরাল লৈজদবা মহাকপু জেলদা লৈহল্লুরে, মীয়ান্নসু মকোক থুগায়রুরে। তোলমুনা মহাক্কী তলবতগী শেন্দোয়নি হায়না লুপা লিশিং মঙা মঙা কয়া কুইনা ককপীখ্রবা।

খল্লুরগা সনাতোম্বীদু অসুক্কী মতিক নুংঙাইরমদে। চাউবগীদমক মহাকসু করিগুম্বা খরদি তৌফম থোকই হায়বগী ৱাখলদা চপ য়ুংলম্মী। অদুবু করিনো মহাক্কীদমক্তা তৌবিগদৌরিবসি, খনফম খঙলমদে। মমৈথঙদা অসুম্না লেপ্লে - "মহাক্কীদমক্তা ঐগী থৱায় অসি থাদোকপা ঙমগনি, মহাক্কী য়াইফল্লবগীদমক ঐহাক্কী লেমহৌরিবা পুন্সি অসি কথোক্লগে।"

# ২০

বীরেন অমসুং মেমী চেল্লে হায়দুনা মখোয়গী ওফিস্তু য়া য়া লাউখ্রে। ওফিস্তা থবক তৌমিন্নবশিংনা ঙাঙনৈ

— অমনা পাখঙ মীঙম্বা।

— অমনা মৌ চখোমজাও।

— য়ূম্বান মরী চেস্তৌরি হন্দক্কী বর কৈন্যা অনিসি।

অহানবদদি বর কৈন্যা অনীগী অহল লমনশিং নীঙাই শাংদানরম্মী। মমৈদদি খরা শাউনা-খরা লাওনা তৌনরবসু লূহোংলসি হায়না লেপ্পখ্রে। অদুবু নুপী ময়ূমগী কাঙবুদি শাউবা হনদ্রি। শাউশিন্নরিবনি খঙদে, তশেংনা শাউরিবনি খঙদে -"লূহোংবদু নখোয়না থোকপা হোঙলুরো" হায়দোরক্লে। নুপা ময়ূমগী কাংবুসু মদুনদুম ফরে হায়না খন্নখ্রে। তশেংনা পামদুনা হোঙলিব্রা পামদনবু হোঙলিব্রা খঙদে। তৌববুদি পাখঙনা মৌ হল্লকপী লূহোংদুনা লৌববু করম্বা বরগী মমা মপানা হরাওনবা য়াওখ্রবগে? বীরেনসু অদুমঙাই - মচা অমা লৈরবী মৌ অমা লূহোংদুনা লৌবদু তশেংনা খোয়দারবরা নৎত্রগা লূহোংদ্রিঙৈদা য়ূম্বান মরী থম্লুবগী নাম্থোকপা য়াদ্রবা লিপুন্না পুনখিবদগীরা কন্নানা হায়বা ঙমগদগে?

বীরেন অমসুং মেমীগী লূহোংবদু তেক্ত কায়দনা পাঙথোকপ্রে। লূহোংবদু মী পঙয়াম য়াল্লমদে অদুম ওইনমক ওফিসকী থবক তৌমিন্নবা মীওইশিংদি অয়াম্বা লাক্করম্মী, চিখবা ইয়াও য়াওরমদে। লূহোংবা নুমিৎকী অহিংদুদা বীরেন্না হংই।

— নহাক্কী অঙাংদুদি কপ্পমলোইদ্রা?

মেমী করিমত্তা খুল্লমদে, তুমিন লৈরম্মী।

— কৈদৌরে তুমিন লৈরবদি?

মদুসু খুল্লমদে, অসুম্মক মমায় লুকথদুনা তুমিন্না লৈ। বীরেন্না মেমীগী খদাং পায়দুনা মমায়দু থাঙ্গৎতুনা য়েংলুবদা উরে মেমীগী মীৎলুদগী পিরাংগী ঈরিকশিং শীঙ্খরি।

— করি তৌরে কপ্লবদি? অঙাংদু নুংশিরক্লব্রা?

বীরেন্না হংখিবা ৱাহং খুদিংমক পাউখুম ফংদনা অরেম্বদা মাঙলম্মী। হন্দক্তি য়াম্না নুংশিনা মেমীগী জ্বায় জ্বায় লাউরবা শম্লাংশিংদু খোমগত্তুনা হায়।

— থাগী খোংকাপসু লেপখ্রবনিনা হৌজিক্তি নৌনা ফঙজগদৌরিবা ইচাসিগীদমক্তা খনবা তাবনি।

হন্দক্তি মেমী মরোল থোরক্লে।

— বীরেন, নহাক ঐবু লুনা তৌবিয়ু, পুন্সিগী থাদোকপীগনু, ফংজগদৌরিবা ইচাসিসু।

— করিগী লুনা তৌরোইদগে? নহাক্তি ঐহাক্কী খ্বাইদগী অথোইবা লননি।

বীরেন্না মথানুংদা মেমীবু চেৎনা কোল্লি। মঙলানগী তাইবঙদা খোঙ থাংজিনগদৌবগী থৌরাংপুম্বা লোইনখ্রে।

# ২১

চাউবা মশা ঙম্মুদবদগী তপ্না তপ্না ফগৎলক্লে। চাবা থকপা য়ারক্লে, চানিঙ থক্লিঙবা ফাওরক্লে। মশাদি শোল্লি। কুইনা নারুবগী ময়াঙ কংত্রিক কংশিল্লে, মমীৎ মনা ইকূৎ কূৎশিনখ্রে। কাঙনা চীকপগী লায়নানা অসুক শাথীনা নাবসি মহাক্কী পূক্সিদা অমুক্তা থেংনরক্লি। নারিঙৈ মনুংদা মেমী লূহোংবগী পাউ তাই। অহানবদা মহাক পাউ অদু শুকথা থাজরমদে। অদুবু পাউ অদু অচুম্বনি হায়বসি বার্তোন উবদগী খঙলকখি। মরী মতাগী মী অমনা বার্তোন অদু পুরকখি। মহাক্কী মনে অমখক্লনি। বার্তোন্দু উৎলদুনা মনেনা হায় -

— লাইমসু তুক্কৎচৈদা। লৈশাবী শাদুনা অমুক লূহোংলিবসিবু। মচা অপীকপদুগী রাখলকা খনবীবজাৎ নত্তে। অঙাংদুদুম লৌশিনবীরুবনা ফরোইদ্রা ইবুংঙো?

— হোয় ইনে, অঙাংদু লৌশিল্লুসি। নৎত্রবদি ইচাদু মাঙবা তারে। মমানসু হন্দোক্রম মপাগসু লৈমিন্নদা ...।

— তাইবঙপালসে অঙক অঙকপা মীসু লৈবোইরেকো।

— ঙক্লিঙাই করিসু লৈতেদা ইনে। পুক্সিসিদি মীৎকুপ খূদিংগী হোংবনি। ঙরাঙ ওইবা ঐগী ফীবমগা ঙসি ওইরিবা ঐগী ফীবমগা মান্নদ্রিবসিনি। ঙরাঙগী ঐনা অতোপ্পনি, ঙসিগী ঐনা অতোপ্পা অমনি।

— মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নুপা অমদা শৎ চেনশিন্দুনা লৈশিনবা ঙম্নিবা নুপী অসিবু করম্বা নুপীনো, করম্বা লমশানো খঙদেনে। মহাক্কী লীচৎ অসিদি শা ফাওবনসু চৎলম্লোই।

বাহৈশিংসি হায়বগা লোয়ননা চাউবগী মনেদু তুক্কচ্চবগী মতৌ উত্তুনা মতীল শিংলি।

— ইনে,মহাকপুদি খায়নরবী মপুরোইবগা লৈমিন্নব্রবী নুপী ওইবনিনা থরবু ফরি। মপুরোইবগা হিপমিন চামিন্নদুনা লৈমিন্নরবা নুপীফাওবা মপুরোইবা অমসুং মচাশিং হুন্দোক্রম্লগা অতোপ্পা নুপাদা চেনখিবা ঙম্বী নুপী কয়া লৈরিবনিকো ঐখোয়গী সমাজসিদা। মসিদবু করম্না ঙকই হায়রুগদৌরিবনো?

চাউবগী মনেনা শীন্দুনা মেমীনা হুন্দোকপীরম্লবা মচাদু লৌশিল্লুরে। অনকপা স্কুল অমদা মমিং চনশিন্দুনা লাইরিক তম্বা চংহল্লম্মী। অঙাংদুগী মশক্তু য়েংবদা নুংশি, মমা মাল্লি অঙাংদুগী মমিং তোম্বী কৌই। তোম্বীগী শক্তম উবদা চাউবনা মেমীবু হেক হেক নীংশিংলকই। পুক্সিগী অৱা নুঙাই কয়াদা শরুক য়ামিন্নখ্রবা মেমীনি। নোংমা, মেমীগী জ্বায় জ্বায় তারবা মুরবা শম্লাংগী মপৈশিং অদু খোমগৎপীদুনা চাউবনা হায়খি।

— নহাক্কী নীংথিরবা শম্লাংগী মপৈ অসিগী মপু ওইবা ফংজরিবা ঐহাক্সি ইরাইবক য়াম্না ফরবনি মেমী।

— ঐবু ঙসি লুনা :তৌবিরিবা অসিগুম পুক্সিচুপ্পগী ওইনা তৌবিগদ্রা?

— "পুক্সি চুপ্পগী নত্তে, মপোক মপোক্কীনি" চাউবনা মোমোন নোক্তুনা খুমখি।

— উম, থাজদে কৈসু, চিনবাম্থোংদগী হায়দোরকপা বাহৈ মাল্লি। থম্মোয়নুংদগী থোরকপা মান্দে।

— চীনবাম্থোংদগী নত্তেয়ে, থম্মোয়নুংদগীনি। ঐদি নহাক্কা কায়নবা শুকঙম ঙম্লোই। নহাক্কা কায়নরবসু অতোপ্পা নুপী অমা থিবগী ৱা লৈতে। অদুগা নহাক্তি অতোপ্পা অমদা নয়ুম পানখিগদৌবা মাল্লি।

— ই; অদুদি নমঙদফাওবা মঙলুরনু।

"ঙসি ওইরিবসিদি করিনো, মসিবু মঙলা নৎত্রগা তাইবঙলা?" চাউবনা মথন্ত হংজৈ। পাউখুম ফংদনা মাঙখি মহাক্কী ৱাহংদু।

# ২২

চাউবা য়ু থক্তরে। থা অহম্মুক কন্না নারুববা মতুংদা থা অহম অমগা হৌখরে। নোংমা বাজারদা অসুম চৎলিঙৈদা সনাতোম্বীগী হোটেল মপাদু য়ৌশিল্লকপদা খংচঙ চঙনিংলকই। সনাতোম্বীগী হোটেল লৈবা গলি অদুদা ফৎ হাইজিল্লুই। হোটেল অদু লৈরমদ্রে। হোটেলগী মহুত্তা ফুরিৎ তুবগী দুকান অমা লৈরম্মী। দুকান অদুদা চঙদুনা হংলুই।

— মসিগী দুকান অসিবু হান্না হোটেল অমা লৈরম্বা মফমদু নত্তবরা?

— মানি, হান্না য়ুয়োনফম ওইরম্বা মফমদুনি।

— মসিদা য়ুয়োনফম ফল্লম্বা নুপী অদু কদোমদা হোংখ্রবগে?

— মহাক কদোমদা কদায়ব্রাইদা হোংখ্রবনো হায়বদু ঐখোয় খঙদে। মহাক্না দুকান অসি থাদোক্লেমদাইদা হায়রম্মী, "অমুকহন্না য়ু য়োনবগী থবকসি তৌখ্ররোই।"

নুমিত্তু চাউবনা য়ু থক্কে হায়রবদি থংনবদা লৈরিবা য়ুয়োনশঙশিং অদুদা চঙলগা থক্লুবা য়াই। মহাক্না গলি অদুদা চঙলক্লিবসি য়ু থকনিংবদগীরা নৎত্রগা সনাতোম্বী উননিংবগীরা হায়বদু মথন্ত খঙজরমদে। সনাতোম্বী লৈরমদবদুদা মহাক অসুম্মক থোরক্লে। ময়ুমদা চুমদ্রিং হল্লকই। ময়ুম য়ৌরকপদা চিঠি অমা লৈরম্বা থেংনৈ। কনাগী চিঠিনো হায়দুনা হাংদোক্লুনা য়েংই। ইরম্মী।

তা চাউবা,

করি তৌরে? চখোরক্তবা ফনা কুইরে। নুংঙাইরিবরা? করম্বা খুদোং চাদবা লৈরবগে? তা চাউবগীদমক্তা ঐহাকসু করিগুম্বা খরদি তৌজগে খল্লি। ঐঙোন্দা

ঝারৌবা লৈববা? লৈববদি হেক্তা হায়বীয়ু, ঐবু চৈবীয়ু নচীন পেন্না, ফুগে হায়রবসু ফুবীয়ু। মদুদা ঐনা করিসু ঝারৌগদবা লৈতে। পুন্সিসে মীৎকুপ খুদিংগী হোংই। ঐহাক য়ু যোন্দরে। বাজাবদা য়ুযোনশঙ হাংদরে। ঐ য়ুযোনবী ওইদরে। ঐবু তুক্কচ্চরবী নুপী অমনি হায়না খনবীবিবরা? ঙসিদি খনবীব্বগনু। নোংমতং ঐগী য়ুমদা লাকপীয়ু, য়েংবীকলাও ঐগী থম্মোযবু হাংদোক্তুনা - ঐ কনানো হাযবদু মতমদুদা খঙবীগনি। ঙসিদি ঐগী পুন্সিসে ইহাঙ হাঙবগুম তৌই, কবিগুম্বা অমা ঝাৎপদৌনা খল্লি। পুক্লিংসে নুংঙাইবা ইফং ফংদে। মসিবু কবিগীনো? য়াম্না ইবরোই। নোংমতংদি ঐগী য়ুমদা লাকপীয়ু।

সনাতোম্বী

চিঠি অদু তপ্না থুপচিল্লি। মফম চানা থমজিল্লি। মহাক্কী কা অদুদা হঙ্গৎ হন্দা কোযচৎ চৎলি, মব্দ লুকথদুনা যাম্না লুবা ঝাখল অমা খনবগুম তৌই। অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা উপুদগী চিঠিদু লৌথোকই, লৈতানা ফমথদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন পাবম্মী।

কবম্না নুমিৎ তাখিবনো, কবম্না নুমিদাং ওইবকখিবনো খঙহৌদে। চাউবা লোংখাক লোংনা হিপ্তুনা সনাতোম্বীগী চিঠিদু ফাকতোক্তুনা মুম্না যেংদুনা লৈ। যেংলিববা, মযেকশিংদু পাবিববা হাযবা খঙদে। অহীংদি অসুম অসুম থেঙজিল্লব্রি।

# ২৩

তোলমুনা চাউবগী তলবতগী লুপা লিশিং মঙা মঙা ককলম্বদু সনাতোম্বীনা পৈশা শিংদোরকপদগীদি ককখিদরে। চাউবগী ফীবম হান্নদগীদি ফগৎলক্লে হায়ববু মীগী পৈশা সিংগদবা য়াম্না রাৎলি। মচিৎ মচিৎ ইনখৎপগী লোইবা নাইদ্রি। লুপা লাক্ষ অনিগী মথক্তা তোল্লি।

— করম্বা সাইদ ইনকম লাক্কদবা থবক তৌরগা অৱাবসি খরা মথৈ কোকপা ঙমগদগে?

চাউবনা মথন্ত চিক্লা ফমদুনা খল্লি। য়েন লোইবগী থবক তৌরগা ফগদরা খল্লকই। য়েঙ্গোন অচৌবা অমা শারবা অদুগা য়েন্নাওমচা ৪০০/৫০০ মুক লৈশিন্দুনা য়েক্লবা, মখোয়শিংদুনা মপী ফারক্লবদি অৱাবসি খরা কোকপা ঙম্লগনি হায়বগী ৱাখলদা চপ য়ুংলকই।

য়েঙ্গোন শাবা হৌরে। মী অনী অহুম নেক্তুনা য়েঙ্গোন অদু য়াম্না ফজনা চাউনা শারে। শাবা হেক লোইবগা য়েন্নাও মচাশিং হাপচিল্লে। য়েংবদা ফনা নুংঙাইরবা কুপ্মে অমগুম্লম্মী। য়েন্নাও ৪০০/৫০০ দুনা খোংলকপদা চিক চা, চিক চা লাওবা খোঞ্জেলনা চাউবগী হিঙ্গোলদু পুমনিল নিল্লম্মী। মখোয়গী ঈশিং হাপ্লিবা, মচীঞ্জাক থাবিবা অমদি য়েম্থী শেংদোকপদা অচৌবা থবক অমা ওইরম্মী। মহাক্লা থবক চখোকখ্রিঙৈদা নাউবনা য়েন্নাওশিং অদু য়েংশিল্লি।

থাগী খোঙচৎ লেপ্তুনা চৎখিবনা য়েন্নাওশিংদু মপী ফারক্লে। শিখিবা খরা য়াওরবসু মহুৎতি মাঙলরোই, য়েনবী চাম্মমুক্লা নোংমদা মরূম চাম্মা চাম্মা পীবা

হৌরক্লম্মী। হায়রিবা য়েরূমশিং অদু পূন্না পূন্না থাদোকখিবদা নোংমদা লুপা চনী চনীমুক্তি ইনকম ওইনা লাকপা হৌরকই। মদুনা মীগী অতোনবা শেনফমশিং মচিং মচিং ফনা য়াম্না শিঙ্গৎপা ওম্লে। চাউবা অৱাবগী কোমদগী তপ্না তপ্না কাখৎলক্তুনা অরাৎ-অপা লৈতবা পুক্নি অমগী শক্তম তপ্না তপ্না শাগৎচরকই। মতুংদদি য়ারিবমখে মীগী মরল পূদনবা হোৎনরম্মী।

অদুবু অৱাবনি। থবক অমা তৌবদা খুদোংথীবা থেংনবা হায়বসি হৌনশা ওইরমাগ্লে। থাংমৈবন্দগী এরিয়া অমদা য়েন পাক্তরুনা শিবগী পাউ অমা তারকখি। খঙহৌদনা য়েন মশীং য়াম্না শিখিবা অদুদা অশিবা য়েন অদু টেষ্ট তৌননবা ভোপালদা লৈবা হায় সেক্যুরিটি এনিমেল দিজিজ অমদি পুনেদা লৈবা নেসনেল ইন্সটিট্যুট ওফ বাইওলোজিদা ব্লদ সেম্পলশিং থাখি।

ব্লদ সেম্পলশিং অদু টেষ্ট তৌরবা মতুংদা বার্দ ফ্লুনি হায়না কনর্ফাম তৌরকখি। কনর্ফাম অসিগী মখা তারকপদা মণিপুর সরকারনা অকনবা চেকশিন থৌরাংগা লোয়ননা য়েন শিরিবা মফম থাংমৈবন্দদগী কিলোমিটর ৫ গী রেদিয়সতা লৈবা লমশিংদা য়ুম য়ুমদা লোইনরিবা য়েন, ঙানু অমদি অতৈ উচেক ৱায়া পুন্নমক পাক্তরুনা হাৎপগী থবক চঙশিল্লকখি। অহানবগী ওইনা ইম্ফাল বেষ্টকী থাংমৈবন্দ, ললাম্বুং মখোঙ, লম্ফেল, লাঙ্গোল তরুংনচিংবা অকোইবগী মফমশিং, ইম্ফাল ইষ্টকী চীংমৈরোং, মন্ত্রীপুখ্রি, দুলালেন্দ, লাইরিকয়েংবম লৈকায়নচিংবা মফমশিংদা রেপিদ রেস্পোন্স টিম আর আর টি ১০/১০ থাদোক্তুনা য়েন, ঙানু হাৎপগী থবক চঙশিল্লকখি। হাৎতোক্লবা য়েনশিং অদু পূন্না মফম অমদা এস্কাবেটর শীজিন্নদুনা কোম লুনা তৌথোক্লগা য়েনশিং অদু পূন্না পূন্না ফুমজিনবগী থবক চঙশিল্লকখি।

থাংমৈবন্দদগী কিলোমিটর ৫ গী রেদিয়স্তা লৈবা লমশিংগী মনুংদা চীংমৈরোং, খুরাই কোংপাল, লম্লোং, কাইরং, মন্ত্রীপুখ্রি, খাবম লমখায়, অহল্লুপ, খাবৈশোই, পোরোম্পাৎ, কোংপাল চনম লৈকাই, খেত্রিগাও, কৈখু, খেত্রি বেঙ্গুল, কোংবা, অকাম্পাৎ, শীংজমৈ, হৈরাংঙ্গোই থোং, খাগেম্পল্লি, ৱাকৈথেল, ময়ায় কোইবী, সঙাইপ্রৌ, হৈনৌবোক, তাকয়েল, তেরা, সগোলবন্দ, ৱাহেং লৈকাইনচিংবনি।

মণিপুরদা ফংলিবা বার্দ ফ্লু মখল অসি ঐচ-৫ ষ্ট্রেন ওইবনা য়াম্না থোইনা কিনীংঙাইদি ওইদে হায় অদুবু চেকশিন্দবদি য়াদবনিনা বার্দ ফ্লুগী সেন্টর ওইরিবা মফমদুদগী কিলোমিটর ৫ দগী ১০ ফাওবগী রেদিয়স্তা লৈবা মফমশিংদা য়েন

লোইবগী থবক্তা অথীংবা থম্লকখি। সরকারনা পায়খৎলক্রিবা য়েন হাৎপা অসিগা মরী নৈনা কম্পেনসেসন ওইনা য়েন্নাও অমদা লু: ১০ মরুম কোকপী য়েনবী অমদা লু: ৪০ অমসুং ব্রোইলর অমদা লু: ৩০ গী চাংদা পীগনি হায়না লাউথোকখি।

অসিগুম্বা তাল্লক অসিদা চাউবগী য়েন্নাওশিং উইরুম উইরুম তৌবা য়াওরকই। নোংমা নিনিগী মনুংদা মহাক্কী য়েন্নাওশিংদু মরী মরী শিবা হৌরক্লম্মী। বার্দ ফ্লু ওইরমগদ্রা চীংনদুনা মরী লৈনবা দিপার্টমেন্টতা পাউ পীখি। শিখিবা য়েন্নাওশিংদুগী ঈ লৌদুনা লেবোরেটরীদা টেষ্টকীদমক্তা থাখিরম্মী। চীংমৈরোংদা লৈবা য়েনগী ফার্ম অমদা শিখিবা য়েনগী মশিং অসি ১৩২ নি অদুগা তেরা সপম লৈরক্তা লৈবা চাউবগী য়েঙ্গোন্দা শিরকপা য়েনগী মশিং অসি ৫০০ নি।

ওইরক্রিবা ফীবম অসিদা মীয়াম্না ভেটরিনরি এন্দ এনিমেল হজবেন্দরিগা পাউ ফাওদোক ফাওজিন তৌননবা পুং ২৪ গী সর্ভিস লৈবা কন্ট্রোল রুম অমসু হাংদোরকখি। মাইক পান্দুনা লৈরক কোন্সাং কয়াদা লাউবা লাকখি। মখোয়না লাউররিবা মরোলশিংদি ঃ

“য়েন ঙানুনচিংবদগী মীওইবদা বার্দ ফ্লু শন্দোরক্তনবগী চেকশিন থৌরাং ওইনা পায়খৎচরক্রিবা পাক্তকননা য়েন ঙানু হাৎপগী থবক অসিদা প্রজা মীয়াম্না কো ওপরেসন পীবিয়ু। য়ুম য়ুমদা লোইনরিবা য়েনশিং চেকশিন্না প্লাস্তিক খাওনচিংবদা হাপ্লগা পুথোকপীরকউ। পুথোকপীরক্লবশিংদু ভেটরিনরি রেপিদ রেস্পোন্স টিম্না য়েন ঙানুশিং ফুমগদবা জগাশিংদা য়ৌহনবীরকউ।”

মণিপুরগী ওইনা বার্দ ফ্লুগী লায়না অসি কনফার্ম তৌখ্রবসু মসিনা মীওইবদা শন্দোরকই হায়বগী পাউদি তানরক্তি। অদুবু চেকশিন থৌরাং লৌখৎপা ওইনা করিগুম্বা মীওইবদা লায়না অসিনা চঙলকপা তারবদি মখোয়বু তোঙান্না লায়েংনবগীদমক্তা জে. এন. হোস্পিটালদা ফমুং ১০ থাবা আইসোলেটেদ ৱার্দ অমা থম্বা হৌখিরম্মী। লোয়ননা মরী লৈনবা হীদাক লাংথক্লচিংবসু হেলঠ দিপার্টমেন্টনা থৌরাং তৌদুনা থমখি।

নাকল অমরোমদা ইম্ফালদা লৈবা য়েন ঙানু লোইবা মীওইশিংনা মখোয়গী য়েন ঙানুশিং হাৎপ্রগনি খনবদগী অতোপ্পা দিস্ত্রিক্টশিংদা তুমিন্না পুরগা য়োষ্লোক্লরকখি। বিষ্ণুপুর অমদি মোইরাংগী মফম খরদা ইম্ফাল্লোমদগী পুশিল্লকপা ঙানু অমদি য়েন মমল হোংনা য়োষ্লোক্লম্বগী পাউ খবর কয়াদা ফোঙনরকখি। ভেটরিনরি

দিপাটমেন্টনা বার্দ ফ্লুগা মরী লৈননা হাংদোকখিবা কন্ট্রোল রুমদা তোঙান তোঙানবা রিপোর্ট কয়া লেপ্তনা লাকখি। হায়রিবা রিপোর্ট অসি তেরাগী থোকচোম চাউবগী য়েন্নাও ৫০০ শিখিবগী পাউ লৈখ্রবা মতুংদনি। রিপোর্টশিং অদুদি — সপরমৈনাদা ঙানু মচা ৬ শিখিবা, নাগামপালদা য়েন্নাও মচা ৫০০ রোম শিবা, ওইনাম থিঙেলগী ইমুং অমদা য়েন্নাও ৪ শিবা অসিনচিংবনি। মখোয়না তৌরকপা রিপোর্ট অদুদা শিখিবা য়েন অমসুং ঙানুশিং অদুনা শিদ্রিঙৈ মমাঙদা অঙৌবা মথী ফাই হায়বগী রিপোর্ট য়াওই।

অসুন্না য়েন অমদি ঙানু কয়া মরী মরী শিরকপগী পাউশিং অসি তানরকপদা ইম্ফালদা লৈরিবা মী পূন্নমক মীপাইনরম্মী। লম্বী শড়ক্তা অমদি ইখোলদা য়েন হেক উবদা হাত্তোকনিংবগী ৱাখল চেন্নরম্মী। য়ূমলোন-কৈরোন্নবগী য়েন মাগী মাগী ইখোলদা লানশিল্লকপা মতমদা য়েন ফাজিল্লু, হাত্তোকখো হায়দুনা খৎনা-চৈনবা, ৱাথোক-লাম্থোক্লবা কয়া থোরক্লম্মী।

চাউবগা য়ূমলোন্নরিবা ইমূংশিং অদুনসু চাউবদা ৱা অপান্ননা হায়রক্লবসু চাউবা তাননবা ঙাঙ শাকপা হৌরক্লে। চাউবগী মশক উবদা ঙাঙবা ৱাশিং চাউবসু তাদবা নত্তে ঃ

"য়েন অসুক য়াম্না লোইরগা হৌজিক ফাওবা থল্লিবসিবু য়ূমলোন কৈরোন্নবা ঐখোয় পূম্বা শিরসনু হায়রিমাক্লেনে। মীশিংসে ওম্থোক্লা চাউখৎখিদ্রে, ওম্থোক্লা ভাব তাখিদ্রে। মনম্না মরোল অমা নমথীরিবা। য়েম্থী মনম্না স্বাইসে লৈবা য়াদ্রে। য়েংগোল অসি অহীংদা মৈ থাদোক্লগা ফগদবনি।"

মীনা ৱা ঙাঙগদবগী শরুকপুদি য়েন পূন্নমক পূথোক্লবা বোরা বোরাশিংদা চাউবনা হাঞ্জিন্দুনা ওটোরিক্সো অমা নেক্লগা ভেটরিনরি ওফিসতা থাখিরম্মী।

থাংমৈবন্দদা বার্দ ফ্লু লৈরে হায়না কনর্ফাম তৌরবা মতুং নুমিৎ তরানিমুক লৈরগা মণিপুর সরকারনা লাউথোরকখি — "থাংমৈবন্দগী থৌদোক নত্তনা অতৈ চীংনবা য়েন ঙানুশিংগী ঈ টেষ্ট তৌবদা বার্দ ফ্লু ওইরমদ্রে।"

অসুম্না য়েন অমসুং ঙানু হাৎপগী থবক অসি নুমিৎ ২০ নিমুক চুপ্পা চখরবা মতুংদা ইম্ফালদা য়েনগী মশক অমত্তা উবা ফংখিদে। নুমিৎ ২০ মুক্কী মনুংদা য়েন-ঙানু ৩,৩১,৬০৬০, মরুম ২৪,২২২ অমসুং মচীঙ্গাক কিলোগ্রাম ২৩,১৫০

ফুমজিনখি। চিথ নানথবা য়েন-ঙানু হাৎখিবনা পুন্না ৬,৩৮৮ নি হায়না সরকারগী রেকোর্দতা লৈখি।

নুমিৎ ২০ নিগী মতুংদা ভেটারিনরিগী দিরেক্তরনা থোকপা সার্টিফিকেট অমগী মতুং ইন্না সরকারনা বার্দ ফ্লুগী মতাঙদা পায়খৎনবা খঙহল্লকখিবা এক্সন প্লানগী মতুং ইন্না য়েন ঙানু হাৎপগী থবক, শেংদোক খোত্তোকপা অমদি হীদাক লাংথক চাইথোকপগী থবক পুম্বা লোয়রে হায়না মীয়ামদা খঙহল্লকখি। মসিগী মতুংদা ইম্ফালদগী কিলোমিটর ৫ গী রাংমদা লৈবা য়েন ঙানুশিংগী অশেম্বা শাশিং পুশিল্লকপগী অয়াবা লৈদুনা মতম খরা য়েন চাবা লেপ্লুরবা মীওইশিং অমুক হন্না লৈদুনা চানরকখি।

অসুম্না নুমিৎ কয়ানি হৌখিদুনা বার্দ ফ্লুগী রাফমশিং পুমকাউ কাউথোক্লখি। ঙানু-য়েন লোইবা লেপ্লুরবা পোলত্রি ফার্মরশিং অমুক হন্না লোইবা হৌরকখি। চাউবসু মহাক্কী ইহাং হাংলুরবা য়েঙ্গোন অদুদা য়েন অমুক হন্না হাপচিন্দুনা লোইখৎলকখি।

## ২৪

বীরেন অমসুং মেমী মচানুপী অমা ফংজরে। য়ুম্বান পুন্সি নৌরিঙৈ মতমদুদি বীরেন্না মেমীবু অমদি পীক্লিবা মচাদুবু অসুক্কী মতিক লুনা তৌরম্মী। অঙাংদুনা পুংকক চাউরক্লবা মতম অদুরাইদগীনি বীরেনগী শাজত্তা অহোংবা অমা তপ্না তপ্না লাক্লিবসি। নুমিৎ খূদিংগী ঙন্না ঙন্না হল্লক্লম্বদু থেঙনা থেঙনা হল্লকপা হৌরক্লম্মী অদুগা হল্লকপা মতমদা য়ু পঙথৈ পঙথৈ ঙাওরম্মী। য়ু ঙাওবগী হৌনবা মানা থোকপা অমা পঙঙাঙতা ঙাঙলম্মী, মদুনা মরম ওইদুনা মেমী নীংথি নুংঙাইনা পোথাবা ফংলমদে। পুংকক চাউরবা অঙাংদু শেন্নবা য়ুমদা মী অমা থম্মী। ওফিস্তা মখোয় অনী গাড়ী অমখক্তংদা পুন্না হেক হেক চৎলম্বদু তোঙান তোঙান চৎনবা হৌরক্লে। মেমীদি পুং ১০ গী মমাঙদা ওফিস য়ৌদবা য়াদে। নোংমতং থেঙবদা ওফিসারনা থীনা থীনা ঙাঙবী। বীরেনদি থেঙলবসু ওফিসারগা য়ানবরা খঙদে করিসু নাচুংবীদে, মানা কানিঙবা মতমদা কায়। নোংমনা থেঙনা অদুগা নোংমনা ঙস্তানা। নোংফাদোক থেঙনা লাক্লবদি নুমিদাংফাওবা ফমদুনা থবক শূহৌই। করিগুম্বা মতমদনা অয়ুক ঙস্তানা লাক্লগা মমাঙদা তাদুনা লৈবা থবকমখৈ পূমলোই লোইশিল্লম্মী। মতম নাইনা থবক শূদে হায়বগী রাতনি থবক য়াঙশিনবা অমদি খূমাং চাউশিনবদা বীরেনদগী হেনবা কর্ম্মচারী অমত্তা ওফিস অদুদা য়াওরমদে।

মহাক্কী থবক শূবদা চাং নাইদবা নীয়ম নীতি অসিনা ওফিসকী থবক্তদি অকায়বা অমত্তা থোকহন্দ্রসু য়ুম্বান মরীগী লমদদি য়াম্না শাথীনা অকায়বা অমা পীবা হৌরক্লে। নোংঙানবদগী থোকখি নুমিদাং থেঙনা মীরোল মীরি তাদনা হল্লকই। মসিদবু য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদামিন্নরিবা করম্বা য়ুমগী নুপীনা খাঙদুনা লৈবা

ঙমগদৌরিবনো? "ঙসি করি চারি, হয়েংনা করি" হায়না অরৈ লৈত তাথোক তাশিন তৌমিন্নগদবা য়ুমগী নুপা অদুনা লমলানবা মীতোপকুম লৈখ্রবনি। নোংমতা নীংথি নুঙায়না বারী শান্নবা ফংখিদ্রে। শুটি নুমিৎকুম্বদনি য়ুমদা খরা লৈরিবা, অদুসু কুইনা লৈরম্বা নত্তে। অয়ুক্কী চাক্লেন চারবা মতুংদা মানা থোকপা কদায়দনো চৎখি, 'সিদা চৎকনি 'দুদা চৎকনি করিসু হায়রমদে। জেনেরেল ষ্ট্রাইক তৌদুনা বন্দগুম্বা লৈরবসু হেক্তা চৎখি, মহাক্কী শঙ্গসি অসুক্কী মতিক চাউগ্রবা হায়দু ওইরমাল্লে। লৈবাক্কী ইরাং থোক্তুনা কার্ফিয়ু লৈরফাওবদা মীরৎ নারৎ য়েংদুনা হেক্তা থোকখি। "থোকপীগ্রনু" হায়জবকা নংহৌবজাৎ নত্তে।

মেমীদু ময়াঙ কংত্রিক কংশিল্পম্মী। ওফিস্তা মমান্নবীশিংনা মহাক্কী মওং মতৌদু উবদা নুংঙাইত্রমাল্লে।

— মেমী নহাকপু কুচু কুমেন অমত্তা থোক্লে, নয়াঙসু কংবনা লোইরে। করি করিনো মচি ওইগদবা চীঙ্গাক খরা চাওনে, অয়ুক অয়ুক্তা শঙ্গোম গ্লাস অমমম থকচিল্লু।

— চীঙ্গাক্লা করি তৌনগদৌরিবনো। ৱাখলনবু মনুংঙাইত্রবদি অফবা চীঙ্গাক ফনা চাদুনসু মচি ওইবগী ৱা লৈতে।

— নহাক্কী বীরেনসি হন্দক মরক্তি শাজৎ অমা ইতৌ তৌই। ওফিস্তা মতম চানা অমুক্তা লাক্তে। নত্তে, মানা চৎলিবসিবু কদায়দনো হায়বা, অতোপ্পা করি করি থবক তৌরিবগে, নহাক্তি খঙলমগনি।

— খঙদেদা, ঐ মাগী মরমদা শুকখঙ খঙদে, মাগা ঐগা পাউ ফাউনদবা কুইরে।

— করিনোনে, লৈমিন্নরগা পাউ ফাওনদে হায় 'সিবু।

— লৈমিন্নে হায়বগী মিংথোন্দুতনি ঐনা ফংলিবা, লৈমিন্নদবগা চপ মান্নে। য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তা লৈতে।

মতাং চানা মমান্নবী অমনা ফেঙ্গিল্লকই।

— নহান্দু, নোংমাইজিং নুমিত্তুদনিনে। বীরেনগী গাড়ী মনীংদা নুপী অমা তোংলগা তিদিম লম্বীদা হাইথখি, ঐনা ৱাকৈথেলদগী উহৌবনি। নুপীদু চীংমী

নীঙোলনি, চীংমীগী ফিজেৎ শেৎলি। মতমদুসু নুমিদাংৱাইরম মল্লি মল্লি তৌবকান্দুদনি। মতমদুদবু নুপী পুরগা করি থবক্লো হায়বা, মহাক্না চৎলিবা খুৎচৎতুবু?

মখোয়না তম্লক্লিবা পাউদমসিগা মেমী মশানা থেংনরবা থৌদোক্কুগা কয়া চুনখ্রবনো, মথন্ত খল্লকই। নোংমা নীনিগী মমাঙদা চীংমী নুপী অমনা টেলিফোন তৌশিল্লকখিবদু।

— ক্রিং ক্রিং। ক্রিং ক্রিং ...।

— হল্লো।

— বীরেন লৈবরা? অমুক্তা পায়হনবীয়ো।

— মহাক লৈতে। করি হায়বীগদবনো?

— নহাক কনা ওইপরা? বীরেনগী মচনলা নৎত্রগা অতোপ্পা কনা ওইপরা?

— ঐ মহাক্কী নুপীনি।

— হাইমা, মহাক্তি পাখংনি হায়তুনা ঐঙোন্দা অসুম থাজহনপনিনে। মহাক্তি ঐঙোন্দা ওইতপ ঙাঙপা ওইরেকো। মাদি মচীন থীপা ওইরেদনা।

— নহাক কদায়দগীনো? করি মিং কৌবগে?

— ঐদি চুরাচান্দপুরতকী লাকপনে। ইম্ফালগী ভারাগী য়ুম অমতা লৈপনে। ঐগী মীংতি কীম কৌপনে।

মীতোপকুম্না লৈখ্রবা বীরেন্দা মেমীনা নুমিত্তুগী অহীংদা ৱারী শান্নবগী তাঞ্জা অমা লৌরম্মী। বীরেন্দু তুমলিবরা, করি তৌরিবনো হায়বদু কুপশেন শেন্নরম্মী। মনাক্তা চঙশিন্দুনা য়েংই, মমিৎ উইশিল্লমদে। অহীংগী পূং অনীমুক তাবা মতম অদুৱাইদনি। হিদাক ঙাওরি ঙাওরি তুমথখিবদু মীৎকপ থোক্লকপা তাঞ্জা ওইরম্বা তাই।

— করি তৌরে? তুম্বা য়াদ্রবরা? ঙসাইদগী তুমদ্রিবরা?

— তুম্লুরে, মীৎকপ থোক্লকপনি। নঙদি তুমদ্রিবরা, নথৌ লৈতদনা ঐগী তুম্বা পাম্নদুনা লৈরবরা?

— কীমগা উন্নবীরবরা। শুসাই টেলিফোন তৌরক্রম্বনি।

— কনাগী কীম? মগু মগুলুরবরা নগুবু?

— হোই মগুলুরে, তুমদনা মগুবা মগুনি। তুমদনা মগুবা মগুলানদি খ্বাইদগী শাথীবনি। মসিমদি খগুজিনবীয়ু।

— করিনো নগুগী বাগাগ শগাগুদুবো? ঐবু লক্লরিবরা নংত্রগা উৎশিংত্রিবা হায়দুরা?

— বাহং অদু ঐঙোন্দা হংবিরকনু। নশানা নশাদা হংজৌ, নশানা পাউখুম পীজৌ।

য়ুগী নিশা খরা লৈবগা বীরেন্দু মৈ হৌনা শাওগংলক্নুনা ফুক হৌগংলক্রম্মী লোয়ননা মেমীগী মশমদু পায়রগা লাক্নুনা চীংলম্মী অদুগা লৈমায়দা ইম্বুরম্মী। মেমী কপ্লমদে, লাউ খোংলমদে, মরাইবক্নুদি উখোংদা থেংজিনবদগী কায়রে। শোক্রবা লাইবক্নুদগী ঈ লেপ্তনা শীম্বরক্রম্মী। ঈদু উবদা বীরেন করিসু নুংশা থীবা পোক্রমদে।

নুমিদাং খুদিংগী লাউনা-খোংনবনা ইমুংদু শান্তি লৈতবা ইমুং অমা ওইরে। অসুম্না অসুম পুন্সি অসি লেনবা তারবদি মেমী নোংমদি শোয়দনা শুাওদুনা চংলক্রগনি। খাগুবা শুন্নক্তদুনা মেমী মপামদা হন্নক্নুনা লৈররে। কুইদে পাউ লাকই - "বীরেন্দু কীম কৌবী চীংমী নুপী অমগা নত্তবা লীচং চংলম্বদগী মীয়াম্না ফাদুনা কৈন্যা কংথ্রে। নুপীদু ময়ুমদা পুশিন্দুনা লৈমিন্নথ্রে।"

খরা লৈরগা অনৌবা পাউ অমা। খবরগী মমায়দা চাউনা ইরকই, "শকখগুদবা মীওই খরনা নোংমৈ উত্নুনা বীরেন কৌবা মীওই অমা ফাদুনা পুথ্রে।" মহাক্তু মেমীগী মপুরোইবা কীমগীসু মপুরোইবা বীরেননি হায়বসি পাউ অদু মমুৎ তানা পারুবদা খগুলে। নোংমা নীনিগী মতুংদা শকখগুদবা মীওইশিং (লালহৌবা সংস্থানশিংগী মরক্তগী অমা) অদুনা পাউমীশিং কৌদুনা প্রেস কনফরেন্স তৌবগী পাউ হাপ্লক্রে। বীরেনগী ফোটো চাউনা হাপ্লকই, মহাক্কী মতুংদা অমদি নাকন্দা য়ুনিফোর্ম শেংপা, খদাংচেং লাকপা খুংলাই পায়বশিংনা শেন্নদুনা লৈকগী ফোটোনি। বীরেন অসি করপসন কয়াদা চেন্নবা মীওই অমনি লোয়ননা নুপী কয়াগী ইজ্জৎ মাগুহনম্লবা নুপীদা ওক্তবা নুপানি হায়বগী অকুপ্পা পাউ ময়েক শেংনা ইরক্রি।

শকখণ্ডদবশিংনা মঙোন্দা শীরক্লিবা মরাল অসি অচুম্বনি হায়বসি বীরেন মশানা য়ারে, অচুম্বনি হায়বগী বাফম ময়েক শেংনা ইরে। মহাকপু শিবগী চৈরাক পীরগনি হায়বগী বারোলসু য়াওরে।

মথং নুমিৎকী পাউ-চেদা বীরেন নোংমৈনা কাপ্লগা লম্মাং অমদা হুন্দোক্লম্বগী পাউ য়াওরকই। মহাক্কী হকচাংদা নোংমৈ মখুল মঙা পানবগী দাগফম লৈরম্মী, পোষ্ট মোর্টেমগীদমক্তা মোর্গতা পুখৎখ্রে হায়না ইনরকই।

# ২৫

বীরেন লৈখিদ্রবা মতুং থা মরি মঙা হৌখ্রে। মেমীগী হকচাং হান্না কৈসু থোইদোকপা তৌরমদে। হন্দক্তি মশাদু ইনুং নুংঙাইরমদে। কুচু কুমেনসু তাইফেৎ তাইরম্মী, ঈ থাংলমদে, ফুবাওনরম্মী। মমায়দুসু উরিংগুম্বা ময়াম অমা চোংথোরক্লুনা পোম্বা তঙবা তৌরম্মী। ডাক্তরদা য়েংবা য়াবা য়েংলে, ফবা কৌবা লৈতে। মমৈদদি ইলাইজা টেষ্ট তৌসি হায়রকপদগী য়েংথোক্লুরে। মহাক্কী ঈগী রিজল্টতা ইরক্লে "রিত্রো পোজিটিব"। কাউন্সেলিং সেন্টরদা লাকউ হায়দুনা মহাকপু লাকহল্লি। ডাক্তরশিংনা নুংশা থীদনবা পাউতাক কয়া পী।

— হৌজিক্তি লায়না অসি থোইনা নুংশা থীনিঙাই ওইদ্রে হায়বা য়াই। অনৌ অনৌবা হিদাক কয়া থোরক্লে। হিদাকশিং অসিগী মপান্না পুক্নি শাংদোকহনবা ঙম্লে। চাং নাইনা শাজেল তৌবা য়াম্না দরকার ওই। য়ারিবমখৈ মচি ওইবা চীঞ্জাক চাবা ফৈ।

চাং নাইনা হিদাক চাবা অমদি কাউন্সেলিং তৌফমদা চৎপদগী মেমীগী হকচাং খরা খরা তপ্না তপ্না ফগৎলক্লম্মী। অদুবু অবাবনি, মহাক্কী পীক্লিবা মচা অদু অমুক নারক্লে, লায়েংলসু ফবা কৌবা লৈখিদ্রে। খ্বর হোনবদা বাবগী লায়নানি। মহাক্কী ঈ টেষ্ট তৌদুনা য়েংবদা ঐচ. আই. ভি. পোজিটিব ওইরম্মী। মতৌ করম্না অপীকপা অঙাং অসিদা তমথীরবা মহীক অসি চঙলম্লিবনো? বীরেন্না মেমীগা য়ুম্বান মরী থম্নব্রিঙৈ মমাংদগী মহীক অসি মহাক্কী হকচাংদা চঙলক্লম্বা ওইরম্বা তাই। অদুগী মতুংদা মেমী, মথংদনা পুক্লুংদা লৈরিবা অঙাংদা।

অঙকপা অমনা বীরেনগী মশাদা মহীক অসিনা মতমকুইনা লোত্তুনা লৈরকখিবা অসিনি। মহাক্লা হিংলিঙে মমাং চহী অমা অনীদু করিগুম্বা লায়না অমত্তা নাখিদবা অদুসু অঙকপা অমনি। তৌবদি ঐচ আই ভি হায়রিবা মহীক অসিনা মীওইবগী হকচাংদা চঙশ্লবা মতুংদা চহী কয়ামুক তুমিন্না লোত্তুনা লৈবগী খুদম কয়া লৈপ্লবনি। বাফম অসিগী মতুংইন্নাদি বীরেন্না লায়না অমত্তা নাখিদবদু থোইনা ঙক্লিংঙাইদি ওইররোই। মহীক অসিনা মীওইবগী হকচাংদা চঙশ্লবা মতুং চহী তরা/কুন লৈরগা নাহল্লকপসু য়াওই হায়নৈ।

অবাবা অমনা অঙাংদু কুইনা নারমদ্রে। মতম খরদং নারল্লবা মতুংদা অশিবগী খয়াৎনুংদা চঙদ্রে।

# ২৬

মেমীগী খুত্তা মমান্নবী অমনা নোংমা চিঠি অমা পীরে। মরোলদি।

মেমী,

ঐহাক চাউবনি। কমদৌরি, নুংঙাইরিবরা? তোম্বীদু ক্লাস থ্রি কারে। লাইরিক য়াম্না পাগল্লি। লাইরিক্তা থবায় য়াওবা অঙাংনি। লাইরিক ফবগী মকোক ওইদুনা মহাক রোল নম্বর বান তাই। ঐহাক হান্নদগী ফিবম খরা ফরে। মীগী অতোনবা শেনফম ফনা য়াম্না শিংদোকখ্রে। শরুক অহুম থোকপগী অনী শীংদোকখ্রে। তোল্লিবা খরা অসিসু থা খরগী মতুংদদি শিংদোকপা পুম্লোই লোইরগনি। নহাক্কী পাউ পুন্নমক ঐহাক তায়। নহাক্না থবক অমা সেক্রেটরিয়েটতা ফংখিবা, থবক কাবা হৌখিবা নুমিত্তু নহাক্কী য়াইফবা নুমিৎনি খন্দুনা নুমিত্তু ঐহাক কয়াদা হরাওজখি। নহাক্কী তুংগী য়াইফবা মঙ্গোল পীনবীয়ু হায়না ঈশ্বরদা খুরুমজখি। নহাক্তি খংলিরোই, নঙ-ঐ হৌমিন্নরকখিবা পুন্সিগী মীৎকুপ মীৎকুপশিং। কয়াদা ব্বামিন্নখিবা মীৎকুপশিং। ঐখোয়গী য়ুমদু ফিবম য়াম্না তারমদেদনা। ইপানা শাবীরম্বা য়ুমদু মতম কুইনা শেমজিনবা ঙমখিদে। কোলহিং কারবা য়ুমথক্কী জিঙ্কগী মখুলশিংদুদা থামম্বা অথেঙবা অহীংশিংদা ঐখোয় নীনা ফৈজুপ্পুংদা তুম্মীন্নরিঁঙৈ মতমশিংদুদা থব্বানমিচাকশিংনা মকোক লীৎশিল্লক্কুনা তোয়না তোয়না লক্করকখিবা। অদুগা নোংজুথাগী অহীংশিংদা নোংলিকশিংনা মীনুংশি খঙদবমখৈ নুংঙাইনা হীপচরিবা ঐখোয় নীগী ঈথক্তা চোংশিন চোংশিন্দুনা অয়েৎ অপন পীরকখিবশিংদু। হায়খিদনা নঙনা মতমদুদা,

— য়ুমনে'দনা তৌরিসিবু কনাগী নুপীনা লাকনিংগদৌরিবনো? ঐ ওইবগী নঙগী য়ুমসিদা লৈবিরবনি, থবায়না খোইদাজদুনা।

ঙসিদি য়ুমদু অনৌবা অমা শাদ্রবসু নিংথীজনা শেমজিল্লে। নহাকপু নোংমতংদি লাক্কুনা য়েংহন্নিংই। শংলবদি লাকউদনা।

নহাক্কী,

থোকচোম চাউবা

মেমীগী মীৎমাংদা কাউরুরবা থৌদোক বাথোক কয়া মরী মরী চেনশিল্লক্লম্মী। থৌদোকশিংদুনা মঙোন্দা লাক্লরকপগুম, করেম্নরকপগুম তৌরম্মী। চাউবগা লোয়নরকখিবা মীৎকুপ মীৎকুপকী অবা-নুংঙাইনা থল্লবা থৌদোকশিং অদু নীংশিংলুরগা মহাক্কী থম্মোয়দা অকনবা চৈনা ফাওরক্লম্মী। চৈনাদু খাঙবা ঙম্লক্তবদগী হীক্লা হীক্লা কপ্লম্মী।

মখোয'নী লৈমিন্নদ্রবা মতুং নোংমা লম্বীদা থেংনবদা চাউবনা হায়খি।

— নহাক্লা ঐবু অদুক লান্না থল্লুরিবদু কবিগীনো? ঐহাক্তি লানখিদে। নোংমদি শোয়দনা খঙলকখিনি, ঐগী ইবাল করিসু লৈখিদবনি।

মেমীনা বাহৈ অমত্তসু হায়রম্বা তৌদনা মমায় ফৎ লৈথোক্লুনা লাকখি।

# ২৭

সনাতোম্বী করি থবক তৌরি, চাউবনা খঙদে। কনানসু খঙদে। কদায়দগী মহাক্না লুপা লিশিং য়াঙ্খে তরং তরং পুথোক্তুনা তোলমুগী পৈশা ইকোম কোন্না নোংমা নুমিদাং অমা শিংদোকখিবা? য়ু য়োল্লগবু অসুক য়াম্বা শেনফম পায়বা ঙমগদরা? তৌববুদি নোংমা নোংমগী বেঙ্কতা খরা খরা তুংশিনহৌবদা থা অমদা ফনা য়াম্না তুংশিনবা ঙমজরমগনি।

"ঙক্লিবদি", চাউবনা খল্লি, "অসিখক্ত নত্তে। নোংমা মহাক্না ঐখোয়দা কোয়থোরকখিবদু ...?"

নুমিত্তু ছুটি নুমিৎ ওইবদুদা চাউবা ময়ুমদগী চখোক্লমদে। মহাক্কী য়েঙ্গোন্দা লৈরিবা য়েনশিংদু য়েংদুনা মতম লেল্লম্মী। য়েন কয়া য়োনখরে, য়েরুম কয়াসু কোকখরে। মচা কোন্দুনা য়েন্নাও কয়া ওনখরে। দাউ য়াখিদবা মণিপুরদা বার্দ ফ্লু শন্দোরকপগী চরাংনরবা কুমদা য়েন্নাও কয়া পাক্তক্লনা শিবা য়াওখি। মতুংদদি মতম চানা চেকশিন থৌরাং পায়খৎহৌদুনা য়েনশিংদু নারক্তনবা হোৎনখি।

— এ, সনাতোম্বী, নহাক লাক্লিবরা? উদবা কুইরে, নহানমখৈ কদায়দা লৈরুরে।

সনাতোম্বী মশা য়াম্না নাম্না লাকই। কার অমদা লাকপনি। নুপা অমসু লোয়নরকই।

— ইনাওনুপা অসি ঐগী কার থৌবনি। মমিং চন্দ্র কৌই।

— ফম্মু ফম্মু।

সনাতোম্বী অমসুং চন্দ্র ফীদা থাদুনা ফমহল্লি। অঙাংদা চা লোলহল্লি, পীথকই।

— হৌজিক করি করি হোৎনরিবগে?

— হিংননবা পঙচেন্দা চেল্লি, করি করিনো খরা তৌরি। য়ুদি য়োন্দরে।

— ফীবম খরা ফরবরা?

— অহোই, ফীবম ফরে হায়বা তাই।

— অদুদি নুংঙাইরেদনা।

— নুংঙাইবা, নুংঙাইবা হায়বসি করিনো ঐ খঙদে। নুংঙাইবা হায়বসি শেল পায়রগা ফংবমাল্লে খল্লম্মী। অদুবু বাখল অসি লাল্লম্লে। ঐহাক শেল তানবা য়াবা তানশিল্লে অদুবু নুংঙাইবা হায়বদুদি তান-ফংলরোইদবা পোৎশক অমগুম য়াম্না থাপ্না চেনখ্রে। পুন্সি অসিমগী ফংগনি হায়বা থাজদ্রে।

— কৈদৌবগী ফংলোইদৌরিবনো। পুন্সি'সিদি নুংঙাইথোকপা হৈরগা লোইরে। নুংঙাইথোকপবু হৈরবদি পঙনুংদা নুংঙাইজবনি।

— ঐনা খল্লম্মী শেল পায়বগা নুংঙাইবগা য়াম্না নক্লে হায়না। অদুবু অনি'সি য়াম্না থাপ্নরম্লে। নকশিন্নবা খক য়ারমদ্রে।

— শেল পায়বগা নুংঙাইবগাসি ঙসিগী মেটরিয়েল বাল্‌র্দ অসিদদি য়াম্না নক্লে অমসুং মরী লৈনৈ হায়না ঐদি খল্লি। শেল থুমগী ফীবম খরা ফৎলমদবদগী ঐনা মহৌশা বাখিবা, মাথা শাখিবশিংদু ঙসি শেল থুমগী ফীবম খরা ফগৎলবসিদদি অরাবশিংদুনা ঐবু তপ্না তপ্না থাদোকপীরক্লে।

— হোয়, মদুসু চুম্বা য়াই, শেলগা নুংঙাইবগা মরী লৈনৈ। অদুবু শেলনা কা হেন্না পায়খৎলক্লবদি অনিসি নকশিন্নৌ হায়বা য়ারমদ্রে। তাচাউবনা পায়রিবা শেলসি দরকার ওইরিবা চাং অদুখক্তনি। দরকার ওইবা চাংদগী হেন্না পায়খৎলকপা মতমদুদা তাচাউবসু খঙলক্কনি নুংঙাইবগী চপ চাবা বাহল্লোক।

মতম কুইনা বারী শান্নরবা মতুংদা সনাতোম্বীদু চৎলগে হায়দুনা হৌগৎলক্লে। চৎলমদাইদা ময়োম অমা পুথোক্তুনা চাউবদা পীরম্মী।

— মসি লৌশিল্লু, ঐগী ইচম চম্বা খুদোলপোৎনি। তাচাউবগীদমক্তা মতম কুইনগী মমাঙদগী ঙমজবা খরদং পীজগে হায়না খল্লকলিবনি।

— করি পোৎনো?

— কোন্না হাংদোক্লগা য়েংবীরো।

সনাতোম্বী চৎখ্রে। করিবু ওইরিগবা, য়াম্না খঙনিংনা ময়োমদু হাংদোক্কুনা য়েংই। অহানবা কুয়োমদু হাংদোক্লবা মতুঙদা থারম্মী "ইকোনোমিক পেকেজ"। চঙরুনা অনিশুবা কুয়োম অদু অমুক হাংদোক্কুনা য়েংই। চাম্মচৎপী মপুল তরা য়াওরম্মী। মপুল অমমম্না লুপা লিশিং তরা তরা ওইগনি।

— লুপা লাক্ষ অমা...। অসুক য়াম্বা শেনফম। মহাক্না কমদৌনা কদায়দগী...। য়ু য়োন্দুনা লৈরম্বা মহাক্না ঙসিদি কার অমগী মপু ওইদুনা কার তোংদুনা লাক্লি। করি করম্বা পাম্বেনা অসুক য়াম্না শেল পায়রক্লিবা।

# ২৮

চাউবা সনাতোম্বীগী য়ূমদা কোয়থোরকই। মতম কুইনগী মতুংদনি। মহাক্না খল্লম্মী সনাতোম্বীগী ময়ূমদু চেক্কী বিলদিং ওল্লম্লগনি। পুম্লং লংলম্লগনি। খল্লম্বদু তাইওন্নরে। মহাক্কী য়ূমদু হান্নগী হান্না অসুম্মক ওইরম্মী, খজিক্তং হোংলম্বা হায়ববু য়ূমদু পীকচরবসু, জিঙ্কনা কুপ্পা লৈবাক্না ফক্লাং খাবা ওইরবসু অসুক্কী মতিক নাল্লম্লে। শুমাং মঙ্গোল বিলাটিমাটি হৈজিন্দুনা শিং নাল্লম্লে, য়ূমদুসু নীংথিনা সেমজিন শাজিন্দুনা য়েংবদা অসুক্কী মতিক ফজবা অনানবা য়ূম অমা ওইরম্লে। য়ূমগী নাকলদা কার থম্ফম শঙ মচা অমা তনাল তনাল লৈ।

সনাতোম্বীগী মমাঙগী কা অদুদা মখোয় অনী ফম্মিন্নরি। নোংমা সনাতোম্বীনা পীরম্বা ময়োমদু টেবলদা থল্লদুনা চাউবনা হায় ঃ

— সনাতোম্বী, মসি ঐহাক লৌবা ঙম্লোই।

— করিগীনো, ঐনা তমজবা খুদোলপোৎনি। খুদোলপোৎপু অমুক হন্দোক্লবা হৌনবরা?

সনাতোম্বী কপকে তৌরকই, মপী ইরা শীল্লকই। মমায় লুকথখি।

— ঐনা মহৌশা ঐগী তলবতগী নহাক্না পুখিবা শেনফমশিংগী শেন্দোয় হুনখি হায়রুবদুগীদমক্তা নঙনা পৈশা ওইনা শিংবীরক্রিবা হায়বদুরা। মদুগীদমক্তদি ঐনা নঙোন্দা শিংলকউ খক হায়খিদে। শিংলকপগী দরকারসু লৈতে। ঐদি নতেং পাংবনি হায়না খন্দুনা তৌখিবা থবকনি।

— তাদ মদুগী ৱাফমদুদি খনবীরব্নু। ঐদি মদুগী মরমদা শুকথনবু খল্লুদ্রে। ঐনা ঙমজবা খরদং তাদগী মতেং পাংজবনি হায়না খনবিয়ু।

— ঐ অহেনবা শেল পামদে। শেল অসিনা করিনো তৌবা য়াবা থবক অমা পাংথোকউ হায়রবদি হোয়, ঐনা হোৎনবা য়াই। পৈশা অসিনা করি তৌ হায়বনো?

— সনাতোম্বী তুমিন্না লৈ। পাউখুম পীরক্তে। ঙাইহাক খল্লবা মতুঙদা -

— তাদনা পাম্বা অমা হেক্তা তৌবিয়ু। তাদগী থবক্তুদা হেন্না চাওথোকহনবা য়াই, মী খরসু থবক হাম্লীদুনা পোলট্রি ফার্মগী কান্নবা খঙহনবীবা য়াই।

— নঙনা হৌজিক তৌরিবা থবকতি করিনো।

— ঐ করিসু তৌদে।

— অদুদি কদাইদগী করম্না অসুক য়াম্বা শেল ময়ামসি লাক্লিবা, নঙনা কার অমগী মপু ওইরিবা অদুগা লুপা লাক্ষ অমবু ইরায় লায়না ঐঙোন্দা পীথোকপা ঙম্লিবা?

— ঐগী অচৌবা কা চনি হেন্না লৈবা হোটেল অমা লৈরে। মথোল তরুক্কী হোটেলনি "হোটেল অনুরাধা"। মীওই নিফু য়াম্বে হোটেলদুদা থবক তৌরি। মখোয়গী তলব খাইদোকখ্রগা থা অমগী ঐগী ইনকম লুপা লাক্ষ অমগা লিশিং য়াম্বে লাকই। ঐগী থবক হায়ববু অসিনি।

চাউবনা হংগে খল্লম্মী।

— কদাইদগী পৈশানা নঙগী লম লৈরিবা, হোটেল শারিবা। অসুক কুইনা লুপা লিশিং তরা হেন্না তলব চাদুনা লাক্রবা ঐহাকফাও লুপা লাক্ষ অমগী মপু ওইবা ঙসিফাওবা ঙমদরি ঙসিদি নহাক্কা ঐবু লাক্ষ অমগী মপু ইরায় লায়না ওইহনবা ঙম্লিবা ...। নহাক্কী করম্বা নত্তবা পাম্বৈগী শেন্দালনো হায়য়ু?

চাউবগী খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। খোঞ্জেল থোক্রুবা বাহং কনানসু তাখিদ্রে। মহাক মথন্ত হংজবা বাহং ওইরে। পাউখুম ফংদনা অহাঙবদা তিনখ্রে।

# ২৯

মেমীগী হকচাং নোংমা নোংমগী শোকচিল্লকই। থীনা শোকচিল্লকপদগী হোস্পিটালদা পুখৎলক্তুনা লাযেংলি।

চাউবসু তায, মেমীদু হোস্পিটালদা পুখত্তুনা লাযেংখ্রে। অমুক্তং চত্তুনা হংলুগে খল্লি। মহাক্কী নুপীনি, মহাক্কা পোক্লম্বা মচা লৈবিবনি চাউবনা নাউযোক নাউকোল্লি। অমুক হু হল্লি, মহাকপু থাদোক্লমদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা মযূম পাল্লুববীনি খল্লব পা মীৎকুপ্তা।

নুমিৎ অদু চাউবা হোস্পিটালদা লাকই। মযাঙ কংত্রিক কংশিল্লবী মেমী হোস্পিটালগী ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈরম্মী।

— হকচাং খবা নুংঙাইবরা?

মহৌশা লম্বীদা থেংনবদা কৌবদা খুম্লকখিদবা, মমায লৈথোক্তুনা চৎখিবা অদুগুম ঙসিসু খুম্লকলোইদবা খল্লম্বনি। মেমীনা তপ্পা খুম্লকই।

— খরা নুংঙাইবগুম তৌই।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা তুংদা মেমীনা -

— ইচাতোম্বীদু নোংমা নিনিসিগী মনুংদা অমুক্তা পুব্বিকউবা। মহাক্কী শক্তমদু য়াম্না উনিংলকই।

মেমীগী খোঙ্জেলদু অসুক্কী মতি শোম্বুরে। বা য়াম্না ঙাঙবা ফররোই খন্দুনা পোথাদুনা লৈননবা বাহৈ অমা অনি হায়রম্লগা চাউবা থোরক্লে।

নুমিৎ নিনি হৌখ্রে। হৃমনিশুবা নুমিত্তা তোম্বী পুদুনা চাউবনা মেমীনা লৈরিবা হোস্পিটাল অদুদা লাকই। অবাবনি, মেমীদু ময়াম পুন্নমক্লা ওমশিন্দুনা কপ্লদুনা লৈরম্মী। শ্বাই লাওই চেনশিন্দুনা য়েংই। থবায় য়াওদ্রবা মেমীগী হকচাং অদু অঙৌবা ফি অমনা কুপশিন্দুনা লৈরম্মী।

লৈরম্লিবা ময়ামদু তোম্বী উবদা হেন্না কপখৎনরক্লে। হোস্পিটালগী কা অদু মীকপ মীরাওতনা থল্লম্মী। চাউবা নুংঙাইরমদে, "মহাক্লা ইচাতোম্বী উননিংই হায়রম্বা নুমিৎতুমক্তদা পুরক্লম্লবদি কয়াদা ফরমগদবনো?"

# ৩০

"হোটেল অনুরাধা"

মণিপুবগী খ্বাইদগী চাউবা হোটেলশিংগী মবক্তা অমনি। লগজরিয়স ওইবা লৈবদা নুংঙাইবগী হাযকুববদি খ্বাইদগী হেনবনি হায়বা যাই। কাগী ভারাসু মযাম্না লৌনবিবা চাংদগী হৈঙ্গে। অদুনা ময়াম্না হোটেল অসিবু তাঙ্গে। লৈরম্বা চৎখিবা কযানা খূবক হাংদে। হোটেল অসিদা থবক তৌবিবা মীশিং দিসিপ্লিন লৈনা মথৌ মশক খঙনা থবক তৌই। হোটেলদা লৈববিবা মীশিংনা পাম্বা পোৎশক খুদিংমক ফংহল্লি। হোটেলগী মীশিং অসিগী থবক ফবা রাঙাঙ শাঙাঙ ফজবা রেলকম হৈবা অসিদা কস্টমরশিংনা পোল্লি। ভারতকী রাংমদগী অমদি ভারত মনুঙদগী লাকপা মীশিংনা খূরক হাঙদনা লৈবা, ইনকম য়াম্না লাকপা হোটেলনি।

মণিপুরগী মনুঙদা লৈবা শেঞ্জাও লাকপা দুকান, হোটেল, বার্কসোপ অমত্তা লালহৌবা নহাবোলশিংনা লেম্না থক থাদে। মখোযগী শেলগী দিমান্দ থাঙবা ঙমদদুনা তোক্লখিবা কাববার মুৎখিবা কযা অমসু য়াওরবনি। শেলগী দিমান্দ পীদবদগী ফাবা পুনবা অমদি হাৎখিবা কয়া য়াওরে। "হোটেল অনুরাধা" সু শেলগী দিমান্দ য়ৌরক্লে, লালহৌবা খুৎপু অমনা লুপা লাক্ষ যাঙ্খে পীযু হায়দুনা তাল্লকপগী চিঠি থুংলরে।

সনাতোম্বী হোটেল অসিগী মপূনি। মহাক্না চিঠি অদু পারি।

মফমদা,

**প্রোপাইটর, হোটেল অনুরধা**

**হীরম ঃ লুপা লাক্ষ ৫০ গী দিমান্দ**

ইকাইখুম্নজরিবী

অনৌবা নীংতম্বা লালহৌলূপনা ইশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা অমদি ঐখোয়গী লুপকী মেম্বরশিংনা থৱায়না পোম্বা ওইদুনা লৈবাক অসিবু নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইননবা, মীনাই নাইথাংগী পুন্সিদগী নাম্থোক্লবা কৎথোকপগা লোয়ননা ভারতকী মায়োক্তা লাল হৌদুনা লাক্লি। চীংনুং মানুংদা লৈরিবা ঐখোয়গী লাম্মীশিংনা চান-থক্লনবা লোয়ননা য়েক্লবগা লম্বা তৌননবা খুৎশু খুৎলাই কয়া লৈননবা ঐখোয়গী খুত্তা পৈশা লৈতবা য়াদে। ঐখোয়না ঐখোয়গী ফন্দ খোমগৎনবগীদমক্তা পৈশা পায়বা মীওইশিং মশক খঙদোক্লবা মতুঙদা রিজনেবল ওইবা চাংদা পৈশা খায়রক্লবা দিমান্দ তৌই।

অদোম মণিপুরগী পৈশা পায়বা মীওইশিংগী লিষ্টতা অহানবদগী তরাশুবা ফাওবগী মনুঙদা লৈরে হায়বসি খঙলবা মতুংদা ঐখোয়গী দিমান্দ অসি তৌবনি। চিঠি ফংবা নুমিত্তগী পারগা থা অমগী মনুংদা লুপা লাক্ষ য়াষ্খে ঐখোয়গী পার্টিদা খুৎশিন্নরক্কদবনি।

মতম খরা লৈরগা ঐখোয়গা অদোমগা উন্নবগী মফম অমসুং মতম থারক্কনি। ঐখোয়গী দিমান্দ অসি পীদবা তারবদি অদোমগী পুন্সিদা খুদোংথীবা কয়ানা ভুংইন্নরক্কনি হায়বসি খঙবীগদবনি।

পুকচেল শেংনা,
য়াই. ইদাইরেম্বা
ফাইনান্স সেক্রেটরী
অনৌবা নীংতম্বা লালহৌলূপ

সনালৈবাক অসিদা লৈরিবসি লালহৌবা অমখক্তা নত্তে, অতৈ কয়া অমসুনি। হন্দক্কী লুপ অসি নত্তবা অতোপ্পা লালহৌবা লুপ কয়ানসু মমাঙদা দিমান্দ লেতর কয়ারক থারকখ্রে। মখোয়না পীয়ু হায়বা শেন্‌ফমশিং অমত্তা য়াৎহন্দনা পীখ্রে। য়ানবগী মখা পোল্লি হায়নৈ, মখোয়না পীয়ু হায়রিবা শেনফম অদুদগী তম্বায় অমত্তং নৎত্রগা মশুং অমত্তং পীরবসু য়াই হায়নৈ। অদুবু সনাতোম্বীদি নীংঙাই শংদানরুবগী য়াফম খক হৌদোক্লুদে। হঞ্ছনা পীগে হায়জরুবসু তৌদে, মখোয়না পীয়ু হায়রকপা শেনফমশিং লুপা অমত্তা য়াৎহনবা লৈতনা পীখি। অশাবনি নৎত্রগা অশেংবনি হায়বা খঙদে, থিগৎপসু তৌদে। তৌশিন্নবা মীওই কয়ানা অশেংবা লালহৌলূপকী মিংদা

শেলগী দাবী তৌবগী পাউ কয়া কয়া হান্না তাখ্রবনি। ফাগৎপা কয়াসু য়াওখ্রবনি। অদুগুম্বা মীওই কয়া অমা অশেংবা লালহৌলূপকী মীওইশিংনা ফাদুনা ৱারকখ্রবা কয়ানি, হাৎপফাওবা য়াওখ্রবনি।

অশাবনা মবোল মরোল, অশেংবা কাঙলুপনা মরোল মরোল। য়ামখ্রপোৎনি। পৃথিবসিদা লালহৌবগী পার্টি খ্বাইদগী হেন্না লৈবা অসি মণিপুরনা ওইরমগনি। পীক্লবসু পীক্লা চাউথোকচবা য়াই লালহৌবা পার্টি মশিং য়াম্বগী অসিমক্তদা অনৌবা পার্টি কয়া অমসু থোরক্লিবনি। য়াম্মক্তনা খাংবা ঙম্নক্তদুনা হান্নগী পর্টিশিংনা অনৌবা পার্টি থোরকপা য়ারবোই হায়নফাওবা থীংখ্রবনি।

অশেংবা লালহৌলূপ অমনা শাজিন্নবা খুৎপু অমা ফাগৎতুনা মখোয়না লৌরুবা শেলগী মশিং অমদি শেনবুশিংগী মমিং খবরদা ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাংদা ফোঙখি। শেনবুশিং অদুগী মনুংদা সনাতোম্বীগী মমিংসু য়াওরকই।

(১) গুরুময়ুম সনাতোম্বা (ৱাঙ্খে) দগী লুপা লিশিং তরা।

(২) শগোলশেম তোলমু (তেরা) দগী লুপা লিশিং মঙা।

(৩) মোইরাংথেম ওংবী সনাতোম্বী (ক্বাকৈথেল মোইরাংপুরেল) দগী লুপা লিশিং কুপ্থা।

ফারবা মীওইশিং অদুগী মমিং মথা, লৈফম অমদি মমা মপাগী মমিং ফজনা হাপখি। মখোয়না লৌরুবা শেনফমশিং অদু শেনবুশিংদা অকক্লবা মতমগী মনুংদা হন্দোকখিগদবনি হায়না মতম পীখি।

মখোয়না থাখিবা মতমদুগী মনুংদা সনাতোম্বীগী শেনফমদু হল্লকখি। শেনফমদু পীশল্লক্লে হায়বগী চেরোল অমসু লৌখি। শেনফমদু ৱাৎনদি ফংখি। অদুবু নুপামচা অদুনা শেনফমদু শুনা ফংলে হায়না সহি তৌবিয়ু, নৎত্রবদি মহাক শোয়দনা শিবগী চৈরাক ফংবা তারে, থৱায় কনবিয়ু হায়রকপদগী সহি তৌবিখি। অতৈ শেনবুশিংদসু অদুম্না হায়জরমগদ্রা, মখোয়না য়ারমগদ্রা য়ারমলোইদ্রা মদুদি সনাতোম্বীনা খঙবা ঙম্লুদ্রে। নুপামচাদুগী মমা মপা য়াওনা হায়জরবা অদুদা য়াখিবনি।

শেল খোমগৎপদা চেম্নবা মীওইশিং অদুগী মরক্তা মীওই অমদি মহাক মশানা লৌরুবা শেনফমদু পীখৎপা ঙমখিদ্রবরা - শিবগী দন্দি ফংখিবগী পাউ তারকখি। মখোয় অতৈদুদি পুলিসনা কোইথি থিদুনা ফাজিনখ্রে।

লালহৌলুপশিংনা সনাতোম্বীদগী পৈশা অসুক লৌখ্রে হায়বগী পাউ অসি মনা মনিল শুকনাই নাইহন্দে হায়ববু পুলিসনা হেক্তা খঙলম্মী। হন্দক্তা লিশিং য়াম্ভে পীখ্রে হায়বগী পাউসু অসুম্মক তারম্লে।

নোংমা সনাতোম্বীবু পুলিসনা কৌখত্তুনা হংই -

— করিগীনো অদোম্না লালহৌববু মতেং পাংলিবদি? অদোম সিম্পেথাইজর অমা ওইবগীদমক আইনগী মতুং ইন্না দন্দি ফংবা তারে। কেস ফাইল তৌরগে।

— অমুক্তা ঙাইবিখো। আইনগী ৱাফম্না তোঙানবনি। ঐবু শিয়ু হায়রিবরা? মখোয়না তানবা দিমান্দ পীদ্রবদি হাৎপা নৎত্রগা অতোপ্পা দন্দি অমা ফংবা তাবনি। ঐগীদি ইশা কঞ্জনবখক্কীদমক থবক্তু পাঙথোকখিবনি।

— নশা কঞ্জনবগীদমক্তদি পুলিস শিজিন্নবা য়াই।

— করম্না শিজিন্নগদৌরিবনো? পুলিসতা পাউ পীবা তারবদি ঐবু হাৎকনি হায়দুনা টেলিফোন্দা কয়ারক হন্না কিহল্লকখ্রবনি।

— অতৈ ৱাফম খঙদে। অদোম সিম্পেথাইজর অমা ওইরে হায়বগী প্রমান ফংলে। মরম অদুনা ঐখোয়গী পায়খৎফম থোকপা থবক অদু পায়খৎপনা ঐখোয়গী ইথৌনি। অদুবু পুন্নমকসি য়াশিন্নবা অমগী মখা পোল্লি।

সনাতোম্বী মীতেক মীরৌ ফজনা খঙলবী নুপীনি। ওফিসার অদুনা ঙাঙথোরক্লিবা ৱাঙাঙ অদুদগী খুদোংচাবা লৌরদুনা হায়রকই।

— কান্নদেদা সার, ৱা মখা শাংথনররোইসি। সারগী তৌফম থোকপা ঐহাক মতিক চানা তৌজরগে।

ৱাহৈ অসি হায়বগা লোয়ননা মীশুম মীনোক অমা নোকশিল্লি। বেগ হুমজন্দুনা পৈশা লৌথোক্কদবগী মওং তৌই। সনাতোম্বীগী মওংদুদা ওফিসারদুনা-

— ফরে কয়ানো খরা তৌরম্লো।

— সে লিশিং মঙাদং তৌজরম্লগে।

পৈশাদু খবর অমনা য়োমশিন্দুনা পীখি। ওফিসারদুনা লৌশনখি। অদুগুম্বা থবক কয়াদা খুৎলোইরবা মী মাল্লি।

# ৩১

নোংমা সনাতোম্বীনা অমুক্তা লাক্তবা য়াদে হায়দুনা টেলিফোন তৌরকই। করি করম্বা ৱাফম লৈরবনো খঙনিংদুনা চাউবা য়াম্না লাংতক্লনা চৎলি।

হন্দক্তি অসুম্না হেক হেক টেলিফোন তৌরকই। মাগী অরুবা ৱাফম কথা হেক হেক তাম্নে। মঙোন্দা লাকখিবা দিমান্দ লেটর পুন্নমক চাউববু পাহল্লি। করি তৌসিগে, অফ-ফত্তা তাম্নে।

— করিগীনো ঐবু কৌরিবদি?

— ফম্বিয়ু চা থকসি।

চাউবা ফম্মি।

— ঐ থবক চিল্লি। হায়গদবদু হায়রো।

— ও ও। ফরেনে থবক য়াম্না চিল্লবদি লেঙবিথ্রো য়ারে।

সনাতোম্বী অতোপ্পা কা অমদা ফৎ চঙখি। পাক থোরক্তে। চাউবা তৌফম থঙদে। চৎসি কদাই, ফমখিসি কদাই। করি তৌসিগে খঞ্জানদুনা লৈরিঙৈদা সনাতোম্বীদু লৈজবী থাক্তা কেরুরগা নীংথিবী শকফম শকপুনরদুনা মখুত্তা চাগী ত্রে অমা পায়রদুনা থোরকই। ত্রে অদুদা ফোঙ ফোঙ শারবা চা কপ অনি য়াওরি।চাউবনা খঙনিং নিংশিংলকই, সনাতোম্বীগী মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুং নুমিৎ নিনি শুরকপদা সনাতোম্বীগী কাদা থোকখিবা থৌদোক্তু। চাউবনা চা থক্লরোই হায়রুবদা সনাতোম্বীনা মহাকপু নমদুনা থকহনখি। চা থক্লনবা থেম্বদা মখুৎ পায়দুনা

চীংশনখিবা, মখুৎ পায়নন্নবা হোৎনবদা থোৎ নৌরবী মহাক্কী হকচাং কয়াৎশিং অদুনা চাউবগী থবাক্তা থেংজল্লকখিবদু।

নুমিৎ অদুদা ওইখিবা ফিবমগা ঙসি ওইরক্লিবসিগা কন্না চাংদম্নরিঙেদুদা সনাতোম্বীনা চাউবগী নাকলদা তপ্না ফমথরদুনা হায়রকখি।

— চা থকসি তাদা।

সনাতোম্বীগী মায়থোংদা মুন্না য়েংলদুনা চাউবনা হায়রকই।

— সনা ..., নহাক ঙসিদি য়াম্না ফজথোক্রে।

ৱাহৈ অদুনা সনাতোম্বীবু ইকাই নুংশি য়াম্নহল্লম্মী। ফিল্মদা তৌবা মতৌগুম চাউবা অমসুং সনাতোম্বীগী ৱাখলদু লৈকোলদা, চীং মান্দা, ঈশিং চাইবী মনাক্তা কোইমিন্নদুনা ঈশৈ শক্লুই। ঈশিং চাইশনবী শান্নরুই, হি তোংমিন্নরুই অদুগা অমুকসু সহরগী মী চিল্লবা লম্বীদা খুৎ সম্ননা চৎমিন্নদুনা মেলা য়েংমিন্নরুই, মেরী গো রাউন্দ তোংমিন্নরুই, চা থকফমদা চঙদুনা মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ৱারী শান্নরুই, নোকমিন্নরুই।

খঙহৌদনা খীংলকপা কোলিং বেল অমনা মখোয়নিগী মঙলান্দু থুগায়রম্মি। অহানবদদি বেলগী মখোলদু তারমদে। হঞ্জিন হঞ্জিন খীংলকপদগী তারকপনি সনাতোম্বী ফুক হৌগৎখিদুনা থোঙ হাংদোক্লুই।

খুৎলাই পায়বা পুলিসকী ফিজোল শেৎপা মীওইশিং কা অদুদা মরী মরী চংশিল্লকই। মখোয়শিংদু ফম্ননবা সনাতোম্বীনা হায়। মখোয়গী মরক্তগী অমনা হায়।

— ঐখোয় ফম্বা লাকপা নত্তে। নহাকপু ফাবা লাকপনি।

— ঐহাকপু। মরমদু হায়বীবা য়াগদ্রা?

— হৌখিবা চহীদা গুৱাহাটিগী গাড়ী অমদগী নম্বর ফোর অমসুং গঞ্জা পুরম্বা গাড়ী অমা গুৱাহাটিগী মফম অমদা ফংখি। লুপা ক্রোর মঙাগী মালনি। পোৎ অদুগী মপু কনানো হায়না মতম কুইনা থিজিন্দুনা লাক্লবা মতুংদা ঙসিদি চপ চানা খঙদুনা নহাকপু ফাননবগীদমক লাক্লিবনি। হৌজিক ওফিস্তা চৎলসি।

— ঙাইহাক্তদি ফম্বীখো, চা গ্লাস অমতংদি থকখিসি।

— ঐখোয় চা থকপা লাকপা নত্তে। ফল্লিবা নুপাসি কনানো।

— ঐগী ইবুংনি।

— এরেষ্ট মেমো অসি মঙোন্দা শিন্নবা য়ারবা নৎত্রা। শে মেমো অসি লৌশিল্লু।

— এরেষ্ট মেমোদু চাউবদা পীশিল্লকই।

— "সার অসোমদা ঙাইহাক্তা লেঙশিনবীরকউ", সনাতোম্বীনা পুলিসকী মকোক থোংবা নুপাদুগা তোঙান্না ৱারী অমতং শান্ননিংবগী ইঙ্গিৎ পীরকই অদুবু ওফিসারদুনা মদুগী তাঞ্জা পীখিদ্রে।

— মচী মরুমদা ৱারী শান্নদুনা করপসন তৌবগী কান্নবা ফংলরোই। সেন্ট্রেল ব্যুরো ওফ ইনভেস্তিগেসনগী টিম অমা হৌজিক হৌজিক ইম্ফালদা লৈরিবনি। অচৌবা স্মগ্লিংগী থবক্তা মায়পুনবগী ৱাফম পুন্নমক খঙলে, নহাক্কী নমিং নথা, ফোটো অমদি প্রমান ওইবা য়াবা দোকুমেন্টশিং ফংলে, নহাক্কী নরালশিং পৈশানা মেনবা য়াররোই। খুৎলাই পায়বা খুৎপু অমগা মান্নরগা য়ুখল মরুমদা নহাক্না শান্নরম্বা লীলা ঙসিদি লোইরে। ক্রোরপতি লাখপতিগী পার্টি কুম্বগী থবক্তুসু পোখাবা তারে। য়ুখল মরুমদা থন্নম্বা নহাক্কী আইন্না য়াদবা পোৎ চৈ কয়া অমা লোয়ননা নহাক্না য়োকখৎপা খুৎলাই পায়বা নহারোলগী খুৎপু অমা ফাগৎলে। হৌজিক নহাক্কী পুন্সি জেলগী অমম্বা কাখুদা লেনবা তারে।

চাউবগী মীৎমাংদা সনাতোম্বীদু পুলিসশিং অদুনা পুদুনা চৎখ্রে। চাউবা হায়ফম তৌফম খঙদনা চপ লেপ্তুনা লৈহৌরে।

—— (ঃ) ——



**কোন্সম কুলধ্বজ** খ্ কুম ১৯৫৯ গী ওগষ্ট ১৮, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা তেবা খুবাইজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অপোকপগী মিং কোন্সম বুদ্ধি সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং কোন্সম ওংবী কহিনি দেবী কৌই। মচিন মনাও তবাগী মনুংদা মবিশুবনি। নুপা অহুম যাওবগী মনুংদা অতোম্বনি। মহৈ মশিং তম্লকখিবা স্কুলশিংদি (১) তেবা এল পি স্কুল, (২) তেবা বোইজ জুনিয়র হায স্কুল, (৩) জোহন্সটোন হাইযব সেকেন্দবি স্কুল, (৪) দি এম কোলেজ ওব আর্টস এন্দ কর্মস অমসুং মণিপুব যুনিভর্সিটি কাঞ্চিপুবনি। মহৈগী থাক এম এ নি। ওজা ওইবগী শীনফমনা মপুং ওইবা থবক ওইনা লনাই প্রাইভেট কোলেজ অমদি লন্নাই স্কুল কযাদা থবক তৌবকই। পাউ চেগী লমদসু চযোলগী পাউ চে, থাখাযগী পাউ চে অমসুং নুংতিগী পাউ চে কয়াদা এডিটর ওইনা, পাউমী ওইনা অমদি কলমনিষ্ট ওইনা থবক পুবকই। হৌজিক হৌজিক মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী জেনেবেল সেক্রেটবী ওইনা ময়ামগী থবক পুবি। কুলধ্বজগী ফোঙথ্রবা লাইবিকসিংদি (১) বোজেন (ডিটেক্তিভ উপন্যাস, ১৯৭৯), (২) অমম্বা মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি (উপন্যাস মচা, ১৯৮৬), (৩) ইম্ফালগী মৈ (শৈবেং, ১৯৯০), (৪) থৌবী অমসুং শামু লমশা (শৈরেং, ১৯৯৬) অমসুং (৫) কুমগী নোংহৌ (নুপী অইবীশিংনা ইবা বাবীমচাগী খোমজিনবা লাইবিক এডিট তৌবা, ২০০৪)।